# সোনালতা

(উপন্যাস)



অইবাঃ

সরত সলাম

অহানবা খুৎনম : সেপ্টেম্বর, ২০০৩ ইং



কপী মশিং : ২০০০

থোঙজবা : সলাম ভাবীনি লৈমা

মমল : লুপা ৬০/- (হুম্ফু)



---

নম্ফম : R.M. Offset Printing Works, Paona Bazar, Imphal

# ৱাহৈ অমনীদং

নিংঙক-নিংঙকপা থম্মোয়দা তত্তনা ফাওরকপা ঈথিল কয়ানা সংসারসিদা, মচি-ময়া খুদিং থোকপগুম পুক্লিংদা অৱাবা অমা ওইহল্লিবা ৱারি কয়াবু খাংবা ঙমদ্রবা থম্মোয়সিনা তেংথারি, অহাংবা মালংদা ইপান থাগী ঈচেলনা লৌরি লৌথেল পাদুনা মাইগৈ খঙদনা চেন্থবগুম চেন্থরি ঐগী পুক্লিংগী ঈথিলগা কোলোমগী মচিন্দা তোংদুনা।

থম্মোয়দা ফাওরকপা ঈথিল অদুবু খুত্তা পাইরিবা কোলোম মচিনা নাথৈদুনা পুনবা কয়ারক হন্না হোৎনরি। হঞ্জিন-হঞ্জিন হোৎনদুনা পুক্লিংবু শিংনরি। অপান্বা অদো ফোংদোকপা য়ৌদ্রবদা থম্মোয়না ৱারেপ লৌদুনা অপান্বা অদো ফংননবা হোৎনরি। ইচম চম্না ইবা ঐগী ৱারি উপন্যাস অসি ইবদা পুক্লিংদা অৱাবা নুংঙাইবা কয়া লৈখিবা অমসুং লাইরিক ওইনা পুথোক্লগে খন্দুনা শেম শাবা হৌরকপদা পুক্লিংদা লাংতক্লবা অমত্তা লৈতবা নত্তে। নাটক দ্রামা খুৎইদা ইদুনা লাইরিক ওইনা নাটক দ্রামা তরামসু ফোংদোকচখ্রে। লাইরিক ওইনা শৈরেং লাইরিক সুভাদ্রা চেনবা কাইবা শিরে অমসু ফোংখ্রে। ৱারি ওইনা ইবা অলন্দা য়াইমাগী কথোকপা হায়বা লাইরিক অমসু ফোংখ্রে। ঈশৈ ইবা পামজবা ঐগী পুন্সি ওইরম্মী। ঈশৈ কয়া অমসু রেডিওদা শকপিখ্রে। সুনোলতা কৌবা উপন্যাস অসিমসু ফোংদুনা য়েংলি। মীয়াম্না পানিংনি, পানিংলোই, নোক্লনি খংদবমখৈ। লাইরিক্কী চৎনবী

অদুমদি ঐ কয়া ইখং খংদবা অমনি। মথোং-মরম খংদবা পণ্ডইতা ইনিংবা ঐগী পুক্লিংগী অপাম্বা অদো ফোংদোক্লরগা খরমখৈ পুক্লিংসে য়াংবগুম ব্রাখলগী পোৎলুম থাংথজরগা অব্রা-পোথাজরি ঐগী পুন্সিনা।

অসুম্না লাইরিক অসি ফোংদোক্লবা হোৎনবদা প্রভ ককপীখিবা অমদি ব্রাহৈ খরদং ইবিরকউ হাইজরুবদা হরাওনা য়াবিরকাখবা ওঝা ডা. এম. প্রিয়ব্রত সিংহবু ঐনা হাইনিংঙাই লৈতনা থাগৎচরি, অমসুং ঈশ্বরনা মতম পুম্নমক্তা থৌজানবিবা ওইসনু।

লাইরিক অসিবু শাপা তৌবিরিবা R.M. Offset Printing Works অসিগী মীওইশিংবুসু হন্না হন্না থাগৎচরি।

অইবা ঃ
সরত সলাম

# উপন্যাসসি পারুবদা

শরত সলামগী পীক্লা মগুন লৈবা উপন্যাসনি 'সুনোলতা'। মীওইবগী মবী অমসং নাইতোম তাবগী চৈন্না কয়াগী ঈথক-ইপোম মরক্তা শাগৎলকপা নুংশি-নুংওনগী ৱারীনি। ইমুং-মনুং অমদি সমাজগী যুম্ফম ওইরিবা নুংশিবা হায়বসিমক ঙসিদি অচৌবা সমস্যা অমা ওইরক্লে। চেকশিন্দবা য়াদবনি। চেকশিনবা য়াবা চেকশিনখি সুনোলতাসু। অদুমু মহাক মহাকপু লাঙ্গোই চল্লক্লিবা খুদোংথীবশিং অদুদগী নীংতম্বা ফংখিব্রা? নাম্থোকচবা ঙমখিব্রা? মদুনি ৱাহংনি। মদুনি লুরিবদি।

নৌনা লুখ্রশীংদা চল্লবী থম্বালগী মচানুপীনি সুনোলতা। শক্তা-চুদা থোইদোক্লা তোমথিন ঙানবীনি। লৈত-লাইরগী মৈশা মৈখু মরক্তা শক্কী কল্লক-মিহৌ কয়াগী কলঙ্কদগী ঙাকথোকচনবা হোৎনবসিমক থন্নুংগী অশেংবা লাম্থেং ওইরকই। মমা থম্বাল লাম্থেং অসিগী মৈথক্তা লৈরী। হাৎকে-তুপকে ঙম্বা ইনাকখুনবা নোংযাইনা থম্বালবু নোংমতং ওইররসু মাগী ওইনবা তেমশিংলকখি। মদুগী ৱাহৌদা নোংয়াই সমাজনা খোঙ্গোইনখি। অকি-তুজুংলবা থৌদোক অসিগী মরক্তা শাগৎলকই শেংলবা মরী অমা। লুরিবদি নোংয়াইগী মচানুপা নোংতম্বা অমসুং থম্বালগী মচানুপী সুনোলতা অনীগী নুংশি মরীনি। অৱা-অনা কয়া লাম্থোক্তুনা চথরকই। অদুবু নোংয়াইগী হন্থনা য়েংলকপা করেম-কথায়নবা মীৎয়েংখাদা মরাল লৈত্রবা মরীদু অর্থ থোকহনখিদে। সুনোলতাবু থম্মোয় শেংনা নুংশিজবা,লাইরবসু মান্নবা কুনজবসু নুংশি নুংশি মতম চানা ফোংদোকচবা ঙমখিদে। মতৌ অসুম্না কায়নবদা মতাখি সুনোলতাগী মতারোয় রেবিকা অমদি পুন্সিলা অনিগী মরিগুম। য়াম্নমক লুরিবদি নোংতম্বগা লুহোংগনি লেপ্পরবা কৈন্যাসু চেনখ্রে তারী।

নোংয়াইনা মচানুপা নোংতম্বদা খুদক্তা সুনোলতা ফারুনবা তকশিল্লি হায়বগী পাউ য়ৌরক্লি। করি থোক্লগবা হায়বসিনা উপন্যাস অসিগী অরোনবা নুংশাম্বরনি।

নুংশি-নুংওনগী পুন্সিদা লৈরিবা অরু-অথেন কয়াদু উপন্যাসকারনা য়াম্না কুপ্না চিংথোকই। মফম মতম চানা ব্বারী লীবগী মহুক্তা নৈনবগী তাঙ্কক কয়াসু লৌরি। শৃতু হোংলকপগী খোঙচৎ তুংইন্না থম্মোয়গী ইহুল তাম্থাগা চান্নহল্লি। কায়নবা, থুংনবা, কপ্পা,নোকপা, অব্বাবা, নুংঙাইবা অসিগুম্বা উপন্যাসকীদি য়াঙলেন কয়াৎনি। সমাজগী অরুবা, থম্মোয়গী হৌনশা অনীগী উন্নফম লংদাই খুদিং খোন্থাং য়ৈরক্লি ঈশৈগী নৎত্রগা মীকপ-মীরাওখোলগী। চিংনবা, খঞ্জানবা, আশা অমদি শীংনবা কয়ানা অচৎপা মৃর্ত্তিগুম ফন ফন চোংথোরকই। ব্বারী ফজে। ফজনা লী। কোইথোক্তে। ব্বাকোই শুদে। মৈ য়াঙশিল্লকই। লাঙতক্লহল্লি। শ্বায় শ্বায় লাওবা মতাঙ য়াম্না য়ালই। মহৌশাগী ফজবগা অমত্তা ওইনা তত্তনা তিনশিনখি। উপন্যাস অমগী মায় পাকপা হায়বদু মসিনি।

শরত সলামগী 'সুনোলতা' সাইকোএনালাইজ তৌবা য়াবা উপন্যাসনি।

তাং ৪/৯/'০৩ ইং

\- ডা: এম. প্রিয়ব্রত সিংহ

# অহানবা শরুক

নোংনা চিফেৎ-চিফেৎ চুবা থবান-থানি। হায়নৈ অহলশিংনা মতম অসিবু চাক মমৈশিং মামৈ লাইরবা, নোংমগী চরা তাঞ্জবা শূরগা চাজবা মীওইদি হায়নীংঙাই লৈতনা বাবা মতমনি। চেংবু থিগদ্রা, শীংবু থিগদ্রা, নোং য়ুরিবা য়ুম্বু শেমজিনগদ্রা? মচাশিংবু লাইরিক তম্নবা হোৎনগদ্রা? চরা হেন্দনববু হোৎনগদ্রা? ফজফম ঈরৈ লৈত্রবা মতমনি থাবান থা।

লাইরবা মপুরোইবা নৌনা কায়নখ্রবা লুখ্রাশিংদা তাহৌরবী থম্বালঙাংবীগী পুন্সি করিনো? চহী ৩৫দা ঙায়রিবী, নৌনা য়ুম পানবগী লম্বীদা চত্থখিবনা, অঙাংসু অনি (২) শুহৌরে। মচানুপী অহল অদুদি চহী তরাগা নিথোই মুক শুরবী নুপী মচানি মখা অদুসু নুপীনি। থম্বাল ঙাংবী লৈকাইগী মীনা শম্না কৌনৈ থম্বাল-থম্বাল, খরা অমনা ঙাংবী-ঙাংবী। লৈত-লাইরগী বাখলনা কোক শমজেৎ হাৎকনি খঙদ্রবা ঙাংবীনি।

মচা লাইরিক তম্নবা হোৎনগদ্রা চানববু হোৎনগদ্রা হিংনবগী লম্বীদা অঙকপা ফংনা লালথেংনরিবা লুখ্রাবী মৌ নহানি। মচা নুপীসু চাউরক্লুনা ক্লাস টেন কারক্লে। ঙাংবী, লৌ-শিং শুবা মতমদসু লৈকাইগী লৌ-লিংবা, পেংবা অমদি লৌ খাওদুনা মচাশিংবু মী ওইনবা কন্না হোৎনৈ।

লৌ উবগী থবকসিসু মতম নাইবনিনা চাবা থকপা কোন্নরমদে। হিংনবা লম্বীদা নুপা নুপীগী থবক থিরমদে। নূং হোনবা, নূং থুগাইবা পুথ্রী তৌবা লোইনা য়াওরম্মী,

ইকায়বা হায়বসিনা নুপীশিংগীদি খ্বাইদগী হেনবা গুণ অমনি। থবক শুমিন্নরিবা লৈকাইগী মচে-মনে মবুং নত্তনা কনা অমতনা থম্বাল ঙাংবীনি খঙলমদে। মরমদি কোক্তা য়েৎলিবা ফি অদুনা লোইনা য়েৎশন্দুনা মীৎতা মীৎ ফাত্তুনা থবক শূবা য়াওজবীনি। ফজবদসু লম য়ৌনা হায়নীংঙাই লৈতনা অৱাৎপা য়াওদনা ফজবী ঙাংবীনি। ঙাংবীনা লৈশারিঙৈদা অউবা মীনা তিল য়োৎনদবা য়াওদে। ফনেক খোইদোম শেৎলিঙৈ পষ্ণৌ নাক্তা লৈরিঙৈ থম্বালগী লৈনমদা ঙাওরদুনা অথাপ্পা লমদম কয়াদগী খোইমু কয়া পাইরকখি। লৈকোল শঙজবা লৈকাইগী খোইবু কয়ানা, তাম্না পাইরকপা খোইমুশিংদা খূৎতা নাওরি পায়দুনা চেকপল-ৱারক মরুমদা লৈদুনা নাওরিনা কাপখিবা খোইমু কয়ানি। লমতাগী থাবল চোংফম কয়াদা কোক কয়া কায়খিবা, শারেং পাম্বোম ঙানদুনা ঈ-লাই তানদুনা শোইনাইবা মী কয়া য়াওনখ্রবনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী ঙাংবী হায়নীংঙাই লৈতনা ফজরকপি নুপী মচানি। থাবলগী মঙালদা থম্বালঙাংবীনা নিংথীনা শাৎপা মালংবগী তাহাদা তথক নাইনা শাৎচবা অদুবু উরগা পূক্নিং ওন্দবা কনাবু লৈবগে? অঙৌবা কুচু অদুদা ঙাংলৈনরবা কুচুনা মঙালবু ওইরিবা নোংজাবীগুম নিংথীনা ফজরবী পীশুম, মীৎস্না থম্বাল অনি অদুনা শঙাই মীৎতাগুম তথকনবী ঙাংবীগী ফজববু করম্না হায়গনি। অইবা ঐনা ইবা হৈতবনা মাগী ফজবা অমদি নিংথীনা চীং-লেম্নবা, য়েংখিবদা অৱাৎপা লৈত্রবা ঙাংবীগী ফজববু করম্না শৈথাগনি। মচা অনি লৈরবী লুখ্রাবীনি হায়বগী ৱাতনি। মপুং ফারকপী লৈশাবী মচানা কৈদৌরুনি। ফজবা হায়বসিদা নুংশিবসু মশানা লোয়নবা তাবনি, লৈকাইদুদা লমদমদুদা মাবু নুংশি হায়নদবা অমত্তা লৈতে। পূক্নিংগী ৱানা ফাগী ওইনা পুথোক্তুনা লৈপূং ফম্বদা পুথোক্নে। ঙাংবীনবু য়ারবদি লৈশাবী লৌজরোই হায়না ফাগী ওইনা অওইবদা হায়নৈ। নিপা অমনমুক হায়, ইতৈমা থম্বাল ঙাংবীদা নখোয় অদুম্না খনগনু। মাগুম্ন া খুনসিদা লমদমসিদা ফজবা লমচৎ-শাজৎ লৈবগে নুপীশিংনা তমজনীংঙাই ওইরিবা ফিদম্নফম অসিবু থাগৎনীংঙাইনি। ঐদি ইমা ওইনা ফংজনীংই, হৌজিকসু ইমামক্নি খল্লিবনি। নিপা অমনা, হেরা ভাই, নংসু চহীদি নঙনা হল্লমগনি। অসুম্না উকেক্লোন হায়না খংনরিবা পূক্নিং হূনা নুংশিরবা চীংয়া অমদা তারিবা খুঙ্গং

অমগী ৱারীনি। চীংখোংদগী খরা চথরগা পাৎওইনসু তৌবা য়েলাং, কোমপ্রেক, থম্বালসু হৌরিবা মফমনি। লমদম অসিদা লম য়েংবা লাকপা মীওই কয়াসু লমদম অসিবু উরগা মমীৎতা মপি তাখিদবা য়াওদে, হূরানবা মী, শা, ঙা হাৎপদা হালেংবা লৈত্রবা মী ফাওবা মফম অসিগী পুন্সি মরেন অসি উরবুদা সাধু-সৈন্যসি ওইখিবা য়াওখিদবা নত্তে। সোইবম চাওবনা পোকচবা থম্বাল ঙাংবীনি, নিংথৌজা শাগৈদা ওংলকপীনি। লাইবক চাউবী থম্বাল অঙাংবীগী মপা মপাসু লৈখিদ্রে। তাইবংদা মাগীনি হায়বদা মচা অনিদু নত্তনা শাগৈ-নাতৈ লৈরগসু হৌজিক্কী মতমসিদদি লায়রবগীদি শাগৈ অমত্তা লৈতে। মৌনহা অমনা মপুরোইবা লৈত্রবা মতুংদা ফংলিবা অৱাবা অসি চাবা, থকপা, শেৎপা থক্কী নত্তে। মশক ফজবা হায়বসিতবু মীনা খরা য়েংশল্লি, লম হেনবা, নিশা চাবা, অফ-ফত্ত খঙবা ঙমদবা ঙাইহাক্কী অনীংবা-অপাম্বা অদুনা অমাঙবগী মশক ওই হায়বা খঙদবা কয়া অমসু মফম অদুদা লৈতবা নত্তে।

নোংয়াই কৌবা নিপা অমনা থম্বালঙাংবীবু নোংমদং ওইরবসু নোংয়াইগী ওইনীংলমখি। নোংয়াই মফম অদুগী ইনাকখুনবা মচীল চৎপা ইমুং অমগী মচা ওইরম্মী। নুপীসু মরি শুরে চেল্ল-চেল্লগা লৌখিদবা ময়ূমদা নুপী অমা লৈরি মদুদি মচা মরি শুরে, মহাক্না লৌরম্বা নুপীশিং অদুগীসু মচা য়াওবা য়াওনখ্রে।

নোংমা নিশা চাশিল্লগা থম্বাল অঙাংবীগী ময়ুমদা চঙলক্লম্মী। ঙাংবীদি মচা অনি অদু নুমীদাংগী চাক পীজরগা তূমহন্দুনা ঙাংবীনা নুমীদাংগী কোল-লিক ফেঙলিঙৈ তাল্লক অদুদা হূরানবগী শাজৎ চৎপা নোংয়াইনা থোঙ হাংদুনা লৈরিবা মনীংথোঙদা চঙলক্নুনা থম্বাল ঙাংবীবু থেল্লম্মী, য়াদ্রগসু ঙাংবীবু নমদুনা ঙাইহাকতং ওইরবসু মাগী ওইগে খল্লমই। নোংয়াই ঙাংবীবু থেল্লম্মী। মাগী অনীংবা অদু ফংননবগীদমক, ঙাংবী - নহাক ঐনা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংশি। ঙাংবীনবু ঐনা হায়রিবসি হেক য়ারবদি য়ূমগী নুপীদো হেক ফূদুনা তাম্লোকখিগে। ঐনা হায়রিবসিনি। নহাক ঐগী অনীংবসে থুংহল্লু ঙাংবী। নোংয়াইনা মনীংথোঙদা হেক চঙলকপসিদা ঙাংবীনা তাদা- কৈদৌবা লাক্লিবনো হায়দুনা চৎখিনবা কন্না হায়বা অদু তাদবা মখে নোংয়াই ঙাংবীগী নাক্তা তপ্না চঙশিল্লকই, লৈকাই লৈকাই

হূরানবা চঙলে- হূরানবা চঙলে খোনফম থীনা লাউরকপা অদুদা লৈকাইময়াম চেনশিল্লকই। লৈকাইনা কনানো, কনানো হায়দুনা ইমুং অদুদা চঙশিনখিবদা নোংয়াইবু লৈকাই ময়াম চঙদুনা ফারে। খরা অমদি নোংয়াই ওইরম্বা অদুদা, মখোয় মপাম চাগী তৌবা ঙম্বা অদুদা কিরদুনা তূমীন্না হন্নখিবসু য়াওরি। অদুবু মফম অদুদা থৌনা ফবা নুপী কয়া লৈতবা নত্তে। মীয়াম অদুগী মরক্তগী থৌনা ফবী নুপী অমনা অসুম্না হায়রকই। নুপীশিংগী ইজ্জৎপু করিসু লৈতনা খনবা, শেল খরা পায়রগা মীবু করিসু লৈতনা খনবা অসিগুম্বা মীওইশিং অসি চৈরাক পীগদৌবনি। নুপীশিংগী ইজ্জৎপু মাঙননবা হোৎনরম্বা নিপা অসি মরু কোকতৌবনি অমসুং ইকাইবা পীগদৌবনি হায়দুনা মীয়াম্না লাওরম্মী। লমদম অদুগী ক্লবকী নহারোল অমসুং মৈরা পায়বী কয়া থোরক্তুনা হায়রিবা নিপা অসি অতৈ নুপী কয়াদসু অসুম্না থোকখ্রবনি হায়দুনা ব্বারেপ অমা লৌদুনা নোংয়াইবু মরু কোক্লবা হোৎনরম্মী। তাঞ্জা অদুদা নোংয়াই পোকপা মপা শেলয়াম অমা পায়রগা লাক্লম্মী অদুগা মীয়াম অদুদা হায়রম্মী, মরাল করিসু লৈতবা ইচা নোংয়াইবু করিগী নখোয়না খোঙ্গোইনরিবনো? মপাগী ব্বাহৈ অদু মীয়াম্না য়ারমদে। নচা নিপাগী শাজৎ ঐখোয়না খঙই হায়দুনা লাউনরকখি। নোংয়াইগী মপানা মৈরা পায়বী লিডর অমসুং ক্লবকী সেক্রেটরি উন্নদুনা লুপা লিশিং তরা অসি লৌহৌরো ইচা নোংয়াই মরা লৈতে হায়দুনা পুজখ্রগে হায়রম্মী। মদু তাবদা লৈকাইগী মীয়াম অদুনা হেন্না শাউরম্মী। অসুম্না নোংয়াইবু মরু কোক্তুনা নোংয়াই মীয়াম মমাঙদা সোরোক্তা পুদুনা খোঙ্গোইনরম্মী। অসুম্না মীওইবগী পুন্সি খোঙচত্তা নংলিবা অব্বাবা নোংলৈ-নুংশিৎ কয়া কয়া ফজবা অমসুং অফবা মী হায়বসিতবু মীনা খরা য়েংশিনগল্লি।

-- ০০ --

# অনীশুবা শরুক

নোংমগী অসুম অসুম হৌখিদুনা লাক্লি মথং মথং। নুমীৎ তরেৎনা চয়োল অমা, চয়োল মরিনা থা অমা, থা তরানিথোইনা চহী অমা অসুম্না হৌখিবনা থম্বালঙাংবীগী মচা ঙাংবীদোন লৈশাবী মপূং-মরৈ ফারক্লে। চুং-ফিরান, ফিভম-মূর্ত্তি, শক-চু; কুচু-কুমেন অৱাৎপা অমত্তা লৈতে। মমাগী ফজবা অদুদগী মচানা হেনবরা? অদুবু মচানা মপুং-মরৈ ফাগৎলকপতা ঙায়রিবনিনা মচানা হেল্লি হায়বা তাই।

থম্বালঅঙাংবীগী মচা ঙাংবীদোনবু উরুবা নহা-পাখংশিংদি লায়রদনা হনু-হনানা ফাওবা ঙাংবীদোনবু য়েংলিঙৈদা ষন্না ৱাইবা খঙদে। ঙাংবীদোনদা য়েংলগা তুং-হন্না চৎপদা পুখ্রীদা তাবা কয়া অমনি। লুখ্রাবী থম্বালঅঙাংবীগী মচা ঙাংবীদোনবু ইচা, ইমৌ ওইজনীংখ্রেদা হায়দবা কনা অমত্তা লৈত্রে। ঙাংবীদোনবু উরুবা মীপুং খূদিংমকনা নুংশিবা হায়বসে শাগৈ-নাতৈ, মরুপ-মপাং, মমা-মপা, মচীল-মনাওগী লৈনবা নুংশিনবা অদু নত্তনা করিসু খঙজরমদবা ঙাংবীদোন ঙসিদি নুংশি ৱাখলনা, অহিং কয়া তুমখিদরে। থাবল ফরবা অহিংদা, মীচিক-মীরাওখোল তাদ্রবা মতম্‌দা লৈরমগদৌবোই নীংদুনা মহৌশা উনফম চীংয়াগী থৈবোং মখোংদা ফমদুনা নুংশি মাদবু ঙাইরি। অতোপ্পা অমগা ৱারি শান্নবগুম মথন্তা মুরুম-মুরুম শোল্লি ৱাহং কয়া হংজৈ, পাউখুমসু মথন্তা খুমজৈ। অতাবা মীনা তারবদি লৈপূং ফম্রিমানে লৈকাই পাখংশিংসে হায়নবা নত্তনা অতৈ কনানসু নুপী মচা মথন্তনি হায়বা খঙদে।

নুংশিবা হায়বসে অকিবা লৈতে। মফম মতমসু লৈতে। নুংশি মাইগৈদগী পাইরকপা লৈচীল, নোং, উচেক উরগসু নুংশি মপাউ পুরকপরা হায়না তত্তনা হংজৈ। পাউখুম পীরমদনা পাইখ্রবা উচেক অদুবু য়েংলগা কপহৌই, মদোম হীক্লা ..। পূক্লিংদা মওল-মওল খনহৌই। করিবু খোক্লিগবা অসুম্না পাইখ্রবা অমুবা নোংবু য়েংলগা।

ঙসি ঐগী মঙদো ওম্বোক্লা নুংঙাইখিদ্রে। নুংশি মানা ঐবু মূনা য়েংলগা ৱাদি ঙাওদা, মীৎকী পিনা শিদ্দুনা ঐবু য়েংলগা হীক্লা হীক্লা কপ্লম্মী। ঐসু হীক্লা হীক্লা কপখি ৱা অমত্তা হায়রমদনা অদুম চৎখিরম্মী ঙাংবীদোনগী মতৌ অসি কনানসু খঙদে। তুমীন, তুমীন মচী খূদিং। অহৌবা উয়ুংগুম চপ-চপ লেপ্পী। তৌরাং ফক্তা হেদো নাহেবগী [illegible] মতৌ [illegible],

মমা -ইমাগী ইবেম্মা ঙাংবীদোন নঙবু করি তৌরগে মচী খূদিং তূমীন তূমীন অহৌবা উপালগুম, নশাদো নুংঙাইত্রগা ডাক্তরদা য়েংথোক্লুবনা ফরোইদ্রা? ইমাসু চানবা হোৎনবদা কোইচৎ চৎলিঙৈদা ইচাশিংবু য়েংশিনবা ঙমদে। মচা - করিসু তৌদেদা কোক খরা চীকপনি।

- নত্তে নঙবু হন্দক মরকসি মহৌশাগা ইমান মান্নদে, নংবু কলেজ চৎপা লেপ্পিবনা করিগীনো? নমানা মখা তারকই।

মচা - ইমা ঐ লাইরিক মখা তম্লরোই। টুয়েল্ব পরিক্ষা ফাওবদি পীখ্রগে পাস তৌরে ফরে তৌদ্রে ফরে। ইমাগী মতৌসে য়েংবা ঙমদ্রে, ঐসু ইমাগী মতেং খরা পাংলগে?

মমা - ইমাগী ইবেম্মা, ইমা লৈরিঙৈ মতমদা ইচানা পূক্লিং শোম্বা হৌনদে। ইমা লৈরি ইচাগী করি ৱাৎলি। ইচাগী অৱাৎপদো ইমাদা হায়য়ু। ইচাগী অমত্তা ৱাৎহল্লোই।

মচা - নচাগী করিসু ৱাৎতে। অদুবু ... ইমা, ইমাগী লাইবক্তা চন্দোন মুখিবনা ঙসি ইমানা লুখ্রাবী অমগী অৱাবা শকফম অদো নচা নিংঙোল ঐগী থম্মোয়দা মৈশা ফংবা নত্তনা পুন্সিদা শোইনাইরবা মীশক অমনি।

মমা - ইমানা লুখ্রাবীনি হায়দুনা ইচাগী মায় খুনবা করি তৌখ্রবগে?

মচা - ইমা.......।

মমা - নৎত্রগা করি ৱাৎলি। শেৎনীংবা শেৎলু। চানিংবা চাও। নপা লৈতে হায়দুনা ইচানা করিগী পুক্লিং হম্বরি। অসুম্না মমা মচা য়ূমগী লৈত-লায়র তান্নদুনা হিংননবগী লম্বীদা অকনবা খোঙজং চঙশিল্লি। ঙাংবী মচানা পীক্লিঙৈদা ৱাবা হেনলম্মী নহা

ওইরিবী মৌ নহা অমনা লুখ্রা শিংদ তারবদা লৈকাইনা করম্বা মীৎয়েং চঙলকপা, মীবা ঙাঙলগা মবুক থঙ্জবা ঙাঙনীংবা কয়া অমনা পাউথোকপী। অদুবু অচুম্বা চৎপা ঙাংবীদি অবাবা খাঙদুনা পীক্লিবা মচাশিংবু চাউননবা মৈশা মরক্তা খঙলকখি কুইরবা তুংদদি ঙাঙনরম্বশিংদো মথক্তা তোক্লখি, অফবদা ঙাঙনবা নত্তনা। অদুবু থম্বাল[illegible] ঙাংবীদি হায়নীংঙাই লৈতনা বারম্মী। মমা থম্বাল  ঙাংবীগা শক মান্নে হায়দুনা মচা নুপীসু ঙাংবীদোন হায়না কৌই। অশেংবী মীংদি সুরলতা কৌই।

ঙাংবীদোন মাগী নুংশিনজবা নিপাদো উদবা কুইরক্লবদা পূক্লিংদা মওং-মওং খল্লকই। খঙনবা কুইদনা তহা তহা থম্মোয় তিংথোক্লুপা ঐগী ইরাল ওইরদ্রা? মসিনা অশেংবমক ওইরবদি মতুংদা ঐ নিপাশিংসে অমুক থাজখিদ্রা? হায়নবা লৈ নিপাদা হক্লা থাজবা থন্নুনু। চমলবা মাগী ৱাহৈশিং ঙসিদি পূম্নমক হূ ওল্লদ্রা? অদুগা ঐনা মাবু অসুক নুংশিরুরিবসিনা করিগী? থাবলনা মতোয়না ফরবা লাক্কদৌবোই নীংই মহাক অদো। নোংনবু মতোয়না চুরবা। হায়নীংঙাই লৈতনা মন্নবা অহিং অসিদা লৈরমগদৌবোই নীংই ঐগী কাগী থোঙনাও মপাদা। নুংশিৎনা লেঙলকপা থোঙনাও অদো মানা লাকপা খঙহল্লকপা ওইরবোই নীংদুনা য়েংলুই তপ্না ইকায়, ইকায়। নত্তে হায়বা খঙন-খঙনা করিগী অসুক কুইবসে লাক্তে হায়না হংলুই। কনাদনো খংদে। ঐসিবো অসুম্না অসুম লেল্লদ্রা? খাঙফম খঙদ্রবা চৈনা অসি করম্না খাঙগনি  লৈশাবী অমা ওইনা কেবা-মৌবা ৱাখল লৈখিদ্রে। লৈকাই মমান্নবীগীদা চৎখিদ্রে মমান্নবশিংনা লাক্লগা ফম্মীন্নবা নত্তনা। মমান্নবশিংনা হায়,করিনো সুনোলতা নঙসিমা হনুবীদৌনা ইমুংদা সুরু-সুরু লৈদুনা লৈরিসিবো, মপান্দসু খরা থোক্লকউ। মশক-নতৌ ফজরবা, গারি তোংবা পাখং কয়া লৈরক অসিদা হনগৎ-হন্দা চৎলিবসে য়েংলুসি লাউ। মখোয়নসু ঙাংবীদোনগী শক হেক উবদা ঙাওদবা ঙম্বরা য়েংগে।

- ঐবু করিদনো মখোয়না য়েংনীংগদৌরিবসে?

- খঙই ইবেম্মা, নপান তাংজগে। নঙোন্দগী হায়দোরকপদো ঐখোয় ওকচগে।

নুপী হায়বা ঐখোয়সে পাপ কয়ানা পূনশিল্লগা শাই হায়বদাই চুমখ্রজাৎনি। ঐখোয়না পাম্বা নিপাশিংসে ঐখোয়না হায়জবা ওক্নগী খৌনা লৈতে। পাম্না পাম্না, চাক্লা চাক্লা য়েংবা নত্তনা করি উপায় লৈ।

- য়াইনা নুপী ঐখোয়সু অপাম্বা ফোংদোকপা।

- য়াববুদি য়াই, অদুবু তৌবা ওয়ী লায়দবী হায়বীদুনা ফত্তবা তাহল্লিনে।

- খঙ্কুরবদি নুপী ঐখোয়সে মীকুপ অমা ফাওবা হিংনীংদে।

- অদুনবু নুপী পোকপদা হরাওনদে। চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না মমাগী পুক্লুংদা লৈরিঙৈদা নুপা নুপীরা হায়দুনা য়েংখোক্লরে। নুপী ওইরগদি মাঙহনবীরে। মসিগী চৎনবীসিনা কুইরক্লগদি নুপী মশীং হন্দুনা নুপী ঐখোয়সু হায়নীংঙাই লৈতনা ব্বারকখিনি।

- ফাগী ওইনা হায়রগদি অথিবী নুপী ঐখোয় পুম্নমকসে নুপা ফংলগনি অসুম হায়দুনা নোকমীন্নে। হা .. হা।

- অঙাওবীসিনা ঙাংখোরকপসিদি।

-- ০০ --

# অহুমশুবা শরুক

নোংতম্বা, সুনোলতাগা উনদবা কুইরে খন্দুনা অমুক্তং উননিংদুনা চৎকে খন্না সেম শারি। কোক্তা থাও তৈরি, মনমসু হাইফেৎ নুংশিবা থাওনি। শমসু ঙসাই অয়ুক্তা, মমান্নবশিংদা ককহন্দুনা। সেমনিংবা মওংদা শেমখ্রবনি। মায়দা তৈবা য়াবা মখৈ মেক-অপ তৌদুনা শেম শারি। শেৎলিবা ফি-রোল হাইফেৎ মমল য়াম্বা ফি-রোলনি। কাদা খিল্লিবা শকয়েন মীংশেল অদুদা হন্না-হন্না য়েংদুনা করিদা শোইরিবগে হাযদুনা তুং-মাং লৈ-লৈদুনা ঐ য়েংঙকই।

তোম্বদা গাড়ি শেংদোক্লবসু হায়খ্রবনি। তোম্বা, তৌফম খোকপা মখৌনি খ দুনা গাড়ি মারুটি কার অদু নিংথিনা চাম্বা লোইদুনা তৈথোকই। হন্না-হন্না নোংতম্বা তোম্বদা 'দা-তোম্বা, য়ারবরা?

তোম্বনা, য়ারে য়ারে ইবুঙো। ফজনা সেম শারবনি। হোরেল কৈন্যকা, পুরকপসু খংদে হায়দুনা নোক্লগা ফাগী তৌই। হায়রকপনি।

নোংতম্বা - হা... হা.... হা, দা-তোম্বা নংনা ঙাংথোরকপসিনা ইম্নোকপা-ইম্নোকপা ৱা ঙাক্তা।

তোম্বা, ইনাও নোংতম্ববু উবদা ঙাওদবা নুপীবু লৈরিবরনে?

- দা, তোম্বমক ঙাইরে ঐবু থাগৎলিবা?

- অশেংবনি ইনাও ইবুঙো।

- দা, তোম্বা হোরেন করি লৈরকউগে?

- হাইফেৎ নোক্লগা হা-হা নয়াম্বদি করিসু চাদে, ইবুঙোনা পীজগে হায়রগা রাজা খৈনি অমতং হেক লৈবীরক্লগা লোয়রে।

- অদুগীদি লুপা তরা পীরম্লগদি দাদানা লৈজবা য়ারে নত্রা?

মপুক্লিংদা নোকফেৎ তৌনা

- এ-এ, পৈশাবু পীরবদি লৈবগী ৱাবুদি য়াম্না লায়বা জাৎনি।

- অদো দা-তোম্বা, চৎলুখিগে। সে নঙগী পৈশা খৈনি লৈনি হায়দো সে। ·

- ইবুঙো সিদি লুপা তরানি। রাজাদি লুপা অনিতনি পিরিবা। পংতক তৌজরবসু থম্মোদি য়াম্না চমজবা মীনি। মরাইবকসু য়াম্না থিরবনি। মাগীনি হায়বদা কনা লৈজদ্রবা মীশক্তি। শুবা-নোম্বসু য়াম্না শুবা, ঙৈহাক্তং মশাদা পোত্থানিংদবা, অরেম্বদা মতম মাংহন্দবা মীনি। ৱা ঙাংবদবু খরা পংবা মানবা মীওই ওইনা তৌবা মীনি।

- অরেম্বদুনা দা-তোম্বগী ওইরো। ঙসিগীদি করিমত্তা শুরুরনু শেংনা ঈরুজথোক্লগা লৈরো। নঙনা ঈরুজবা কান্দা গামলাগী লৈদো ঈশিং খরা চাইরম্মু অদুনা লোইরে ঙসিগী দা-তোম্বগী থবক।

- গমলাদা ঈশিং চাইববুদি ঈশি পেরে অম-অনি খক্তুবু।

নোংতম্না গাড়ি ষ্টার্ট তৌই। ঙাইহাক ঙংদুনা লৈরগা তোম্বদা হাইরকই।

- দা-তোম্বা, ঐ কোইথোক্লুখিগে।

গাড়ি মমায় লৈথোক্লুনা থৌদোকখি। তোম্বনা মথম্মা শোঙ্গহৌই। নোংতম্বনা গাড়ি থৌদুনা চৎখিবদু য়েংহৌরগা। মীগী মচাদি কয়াদা মরাইবক ফগ্রবনো। তোম্বা ঐগী ইরাইবকসিদি ওহোক্লসু থিগ্রে।

নোংতম্বগী মপা নোংয়াইনা ইমুংদগী থোরক্লুনা তোম্বদা হংঙি

- তোম্বা কদায়দনো, নখোয় বাবু-মচানা চৎখিবসিনা?

- কদায় ওইনি বাবু-অচৌবা, নচানুপানা কেনা চৎলবদি, থম্বালগী মচা থম্বাল ঙাংবীতোনগী মনাক্তা নত্তনা।

- তোম্বা কান্নদে ইবান্নিসু চৎসি। ঈরুজথোক্লো। বোরা কাংঙৌ চারুসি। বোরা য়োনবি মৌনহাদো কোয়রুসি ?

তোম্বনা ফাগী ওইনা অসুম্না হায়রকই, ইথা থাজদনা

- বাবু-অচৌবগীদি নুপী য়াম্না লৈ। ননাই তোম্বগীদি অমত্তা লৈতে।

নোংয়াইনা হৌনা নোক্লগা হাইরকই।

-নঙসু নুপী থিনিংবরা তোম্বা?

তোম্বনা ইকায়না

.- বাবু-অচৌবা, ননাই তোম্বসু মীনিদা। খুবাক নাম্মতা খুবা য়াবা নত্তেদা বাবু-চৌবা। ননাইগীসু ঈ অমদি থম্নবা ফৈ তাইবংসিদা।

- তোম্বা, নঙনা হায়রিদু, চুমদি য়াম্না চুম্মী। অদুদা...। নুপীবু কনাননো তোম্বা? নঙোন্দা য়ারক্তৌরিবা নুপীবু ।

- ঐসু মীনিদা, ঐবু পাম্বা মীসু লৈজাৎনি বাবু-চৌবা।

নোংয়াইনা তোম্বগী বা অদু তাবদা নোক্লিংবা অমদি মতৌ ইমান-মান্দনা ঙাংথোরকপা অদুদা ফাগীওই করিওই হাইরকই।

- তোম্বা, নঙবু চাজেনবি বোরা য়োনবী উখোং কৈথেল ফম্বীদু ওইনা লৌশল্লসি হায়বরা?

তোম্বা গী অমা ওইবগী চগ-চাবা গাউখুম পীরকই।

- মৌ-নহাদি নুপী নত্তবরা? করিগুম্বা মরাইবক থিবদগী নৌনা লুখ্রা ওইবগী ৱানি মখোয়সু অমুক লুহোংবা য়াইনা। চহি কুনগা মরি-মঙাদা লুখ্রাবী ওইহৌরগা য়ুম পান্দনা করমা চিংগনি বার-চৌনা?

- তোম্বা নাওনা ঙাংথোরকপসিনা অচুম্বগী অচুম্বা ঙাক্তা। কান্নদে তোম্বা নংগী নুপী থিবা চৎসি। বোরা য়োনবি নতৈমদুদা নওগীসু অমত্তং শিনবিরকউ হায়দুনা হায়রগা লোইরে।

তোম্বা উপায় লৈমন্দবগী মীগী থবক শুদুনা মীগীদা মীনাই ওইদুনা লৈবগী ৱানি। খরসু পংনা উই, মাগী মতৌ অদুদা। মবুক ফবা মীসে খরা পংনা উই মীওইবনা। চহিসু পাখং, মপুং চপ চারি, শক্তসু অদুম চৎনবা য়ানা অদুম ফজে। মাগী হাইববু মমা-মপা, মচীন-মনাও কনা অমত্তা লৈত্রে। ময়ুম অপীকপা, শঙফৈই মচা অমখক্তং লৈবদুসু চরুনা কুপ্পনি। অদুসু য়াম্না কুইনা শেমজিন্দ্রবনিনা নোং লোইনা য়ুরে। ফক্লাংদুসু নোং য়ুশিল্লবনিনা মচেৎ মচেৎ কিঙ্খরে। ৱাগী মখোংননিনা অমত্তা লেপ্পা ঙমদ্রে। য়ুম অদু মনিংলোমদা হাইফেৎ চেপথরে। ৱা অমা-অনিনা চৈঙাক পীদুনা/ঙাক্তুনা থম্লিবা অপীকপা শঙ মচাদো খক্তনি তোম্বগী লৈরিবা হায়ববু? মী লৈতবা য়ুমনি খন্দুনা ঙাক শেল্লিবা উরি-ৱারিশিংনা য়ুমগী মথক অদো ইকুপ-কুপশিল্লি। তেরা দনদল পাম্বী নাপি খরসু য়ুমথক্তুদা হৌজিল্লি। অপিকপা মাঙ্গোল মচাদুসু ইকাই কায়রে, নাপীসু হৌজল্লে। তোম্বনা কুইনা ময়ুমদা চঙদ্রবনিনা।তোম্বা ৱাখল অমদি খল্লকই। ঐ মীগী থবক শুরবসু য়ুমদা হঞ্জিল্লগে খল্লে। মতম কুইরে ঐনা য়ুমদা হঞ্জিন্দবা। মীগীদা মীনাই ওইদুনা অদুম লৈরগা হয়েং ঐগী অরোইবা মতমদা ঐগী নুংশিরবা হকচাংসিদা মৈনা চুবীনবা লৈগদ্রা?.. তোম্বা, হৌখিবা পুন্সি নিংশিংলক্তুনা পুক্লিং নুংশিরকই। তোম্বগী মওং অদু নোংয়াইসু নোংয়াইসু নুংঙাইত্রে। নোংয়াইনা

- তোম্বা নঙবু কপ্লিবরা?

- কপতেদা বাবু-চৌবা..।

- তোম্বা, করিগীনো নংনা নপুক্লিং অদুক শোক্হৃরিববু? নোংয়াই লৈরিবসিদি নঙ করিগী ৱাগনি। ঐনা থাগী ওইনা শৈশা খরা-খরা পিবদুসু নঙনা নিংথিনা থাজিল্লি

হায়বদায়? মদুসু নিংথিনা থম্মু ঐনা নঙগী নতেং য়াম্না পাংগনি। নঙগী নুপীসু ঐনা লুহোংবিগনি। নঙগী য়ুম মচা অমদি লৈ হায়বদু ঐনা নিংথিবা মচা অমা শাবিগনি। ঐসু য়াম্না ফত্তবা মীদি নত্তেদা। চহি তরামঙামুক শুরনি নঙনা ঐগীদা লৈরকইবা মতমসে ?

- হোয় অদুমাইনা শুরক্লনি (তোম্বনা মখা তারকই)

নোংয়াই ইনাকখুনবা মীগী হৌনবী ব্রাজাও ঙাংলবসু লায়রবা মীগী অব্রাবদি মতেং খরা পাংগল্লি। মাগী হায়ববু নুপী খরা কোইগল্লি। নুপী অঙাংদা খরা চোপকল্লি। তৌববুদি উচেক ক্বাকনা কোক্কিল উচেক্কী মচা অনি য়োকই। ক্বাক মীওইবনা ফত্তনা উই। থম্মোয়দি মীওইবা তাইবং মীগীদমক য়াম্না ব্রাই। তাইবং মীগী অব্রাবা, দষা ক্বাক মানা হান্না খংগল্লি। মানা হান্না পাউ পী। মতম চাদনা ক্বাক খোংই। মতম চাদে হায়দুনা মীওইবনা উচেক ক্বাকপু লান্না লৌনৈ। অসুম্না মীওইবনা ফত্তবা ওইনা লৌনরিবা নোংয়াই ফত্তবা লমচৎ মরক্তা অফবা লমচৎ অদি য়াওই।

- তোম্বা য়ারবা নত্রা? য়ারবদি চৎসি চৎলু ঙাল্লিঙৈদা নুপী মশক য়েংহৌরুসি চৎসি।

-- ০০ --

## মরিশুবা শরুক

হৈকোল অমদা, নোংতম্বা অমদি সুনোলতা ফমদুনা নুংশি-ব্রারি শানরি। নিংথিনা ফজরবা হৈকোলনি। থৈবোং পাম্বী অচৌবা অনি অমসু হৌই মচা-মচা খরসু পরেং-পরেং থারি। হৈনৌ পাম্বী কয়াসু পরেং-পরেং হৌরি। হৈখা, পুংদোল, লোবাপ পাম্বী অতৈসু ফজনা হৌই। য়েংবদা অদুম ফজবা মফমনি। অতোপ্পা ফিল্ম নম্বা কয়াসু মফম অসিদা কয়া অমসু লাক্তুনা ফিল্ম নম্নবা মফমনি। মফম অসি সুনোতলাগী হেক থোঙ্গাল মচীনি। অচৌবা হৈনৌ পাম্বী অমগী মখোংদনি। নোংতম্বনা অসুম্না তপ্না হংলকই। করি ইঞ্জাং চারকপগে?

সুনোলতানা মচীন্দা থোকপা অমা হেক্তা হায়।

- ঙা চাই।

- য়াম্না হাওনি কনানা থোংঙি ?

- ইনাওনা থোংবনি। ঐদি চাক-ইঙ্খ্রাং থোংবকা হৈতেদা।

নোংতম্বনা

- চাগে হাইরোইএ।

- অদোম্নবু চাবীগে হাযরগদি যাম্না লৈহৌই চারুসে।

- ফাগী তৌবনি। সে, নিংথিনা ফম্মু। মখুৎ পাইদুনা চিংথে।

সুনোলতা ইকাইনা হাইরকই।

- খুত্তা পায়রক্কনু মী উরগা ফজদেয়ে ?

- অদুদি নিংথিনা ফম্মু ৱা হায়গে ?

- ফমগে সে খরা চথোক্কে, ৱা ঙাংবা অদুম তানি।

- ঐবু খুৎ-শা য়াম্না শাংখ্রবরনে? ঐসিবু মীগা ইমান মান্দ্রবরা?

- অদুদি ঐঙোন্দা হংলক্কনু। নশাদা অদুম হংজৌ?

- ফরেসে নঙনা য়ানিংদবা অমত্তা ঐ তৌররোই। য়েংঙু, নুমীদাংৱাইসিদা পাইরিবা লৈচীল মপৈশিংসে য়েংঙু। লান চৎপা মান্দ্রা? মরোল-মরোল। শা মানবা, উচেক মানবা, শগোল মানবা, মখুৎতা থাংশাং পাইবা মানবা। লৈচীল মপৈ-মপৈ কয়ানা অহাংবা অতিয়াসে ইরাং লাংলিবসে। অরাপ্পা মফমদা চাক্তারুবা লমগী চেক্লা কয়ানা মযুম মাইগৈ তম্না পাইরক্লিবসে নুংশিদরা? মপাং-কায়নরবা চেক্লা চা কয়া অমনা মদোম তরক পায়রিবসে য়েংঙুনে নুংশিদরা? অদোমদা নত্তেএ পায়রিদি অসোমগী চীংয়াসিদনি। মখুৎ থিন্দুনা তাকই।

- (সুনোলতানা) মপাং কায়নরবা চেক্লানা মদোম তরক পায়রি, অহেনবা কনাবু উবদা। তাক্তামিন্নরৱা মশাবীবু হুন্দোক্লগ্লগা পায়খিবা হে-নুংশি হৈত্রবা লমগী চেক্লা? পুন্সিগী অৱাবা শরুক কয়া পুমীন্নদুনা। নোংজু-নুংশা, নোংলৈ-নুংশিৎ কয়া খাঙমিন্নরকলগা অহেনবা সনা লুপা খরা উবদা নাথৈদুনা পায়খিনুকো ঐগী থম্মোয়গী চেক্লা চা। অমুনবা উহৈ উরগা ঐবু নাথৈদুনা থম্লগ্লগা চাক্তাফম হোংগে কনবীগনু ।

নোংতম্বনা পাউখুম পীনবা শেম-শান্নিঙৈদা, সুনোলতানা অমুক মথা তারকই

- নখোয় নিপা হায়বা জাৎসে ইচম চম্না লৈজবা নিঙোলশিংগী পুক্নিং থম্মোয়দা লৌনম-চীরোল তৌরক্লগা শমাই লৈদুনা পায়খ্রগা অমুক হন্না ফাওবা য়েংবিরমদে। নোংতম্বনা অসুম্না হায়রকই।

- কনাগী লৌনম চীরোলকা হৈজদে ঐদি, শেংলবা থম্মোয়গী চেহ্নরক্লিবা নুংশিগী ইরিক অসি নত্তনা। লৌনম ৰাহৈ হৈজদে। [illegible] য়েংজ[illegible] নত্তনা করিসু হাইনিংঙাই লৈজদে। ঙসি উনরিবা অসিদগী অমুক চহি কয়ানো নঙ-ঐ উনদনা লৈগদৌরিবা? হন্দক মতম খরা য়ুমদা লৈরিঙৈদি নঙগা তোয়না উনরমগে খল্লি। হয়েং কনানা খংগনি। ঙসি উনরিবসিদগী অমুক হন্না উনবা ফংদবসু য়াই। ৰা হায়বা লোইদ্রিঙৈদা সুনোলতানা ৰা মরক থংলকই। মাগী ৰা অদু হায়হন্নিংদবা য়াওদুনা

- করি ৰানো হায়বিরিবদুবু? হায়হৈদবা ৰা য়াম্না হাই। মদুদি ঐদি হায়হন্নিংদে।

নোংতম্বনা মথা তারকই

- খংদেদা সুনোতলা, পুন্সিসে করি হাইগদৌবনো?

- অদুক চানিংবদা চা। পাইনিংবদা পাইজবা ফংজরিবা ইনাকখুনবা নখোয়সু অৰাবসে লৈবরা?

- অৰাৎপা অমত্তা লৈত্রবা ঐগী পুন্সিদাঅৰাৎপা অমদি অদুম হাংদুনা লৈরি। হাইফম খংদবা নুংশিবা হায়বা, নহাকসে ঐগী নাক্তা লৈরগা ফগদ্রা খল্লি অমুক।

(পুক্নিং নুংশিনা হাইরকই)

- দা-নোংতম্বা, ঐগী ৰাখল থাদোকওবা..?

- অদুবু হেক্তা য়াবরনে?

- ঐদি লায়রবী মচানি। ইমা লুখ্রাবীনা য়োকপনি। খিক অনেম্বা ঐখোয়না থাক অৰাংবা লাম্বা তাদুনা অরেম্বদা কায়না মৈচাক পুহৌবদো মীয়াম্না ঐবু পেন্নগনি। হৌজিক ঙল্লিঙৈদা কায়নহৌবনা ফরনি। (অসি হায়রগা হীক হীক কপ্পী)

- নুংশিবদা লায়রবা ইনাকখুনবা লৈবরা? নুংশিববু মায়থিবা পীখিবা কনা লৈখিবগে? নঙগীদমক মতম পুয়মক্তা ঐনা লেপলি। নঙ করিগী চীংনরি ?

সুনোলতানা পুক্কিদা হায়ফম খংদনা নুংশিবা অমা ফাওরকপা অদো ৱাহৈনা ফোংদোকপা ঙমদরে। মীৎলুদা পিগী ঈরা চেল্লদুনা, মীৎলুদগী তারকপা পীগী ঈরিক্লা ফজরবা সুনোলতাগী ঙৌ থাংলবা খজাইদুনা ইরং লংনা মনিগুম খজাই অনিদুনা ঙাইহাক লৈরম্লগা লৈমায়থক্তা তাখিবা অদু নোংতম্বনা উরক্তু না সুনোলতাবু মুন্না য়েংলগা হাইরকই।

- করিগীনো নঙনা কপ্লিববু? সে, কপকনু ঐ লৈরিসিদি? ঐ নঙবু সুপথা-থাদোক্লোই সুনোলতা।

- উনা উনা লাম্বা ফংদ্রবা ঐগী নুংশিবনি। লায়রবা লুখ্রাবী মচাবু কনানা মীচং শঙ্গ ওইনিংগনি? ঙসি ঐগী মীৎলুদগী শিঙ্গরক্লিবা মীৎকী পীরাংসে হয়ে মতম অমগী ক'যনা মৈচাক্তুদি?

- করিনো? সুনোলতা নঙনা ঙাংলিবসে? ঐবু তশেংনা থাজদবগী ৱারা? নোংতম্বসু হায়ফম খংদে। ঙসি সুনোলতানা ঙাং।.।বা ৱা ময়ামসে অচুম্বগুম নোংতম্বা ৱা খুন্ফম খংদে।

- নখোয় অহনশিংনা ঐবু পামদে। লাযরবী লুখ্রাবী মচা ওইরম্বগীদমক। নোংমসু ঐখোয়দা লাক্তুনা করেম্নরম্মী। মতম অদুদা ঐখোয় ইমাদি ঐঙোন্দা য়াম্না শাওই। ইমানসু ঐঙোন্দা অসুম্না হায় 'ইবেন্মা, ইমা ইচাগী কনাসু লৈতে ফরিমখৈদি ফৈ। হয়েং ফৎলক্রবা মতমদা লায়রবি লমহেনবি অহল-লমন্না ৱারক্তবি তাহনগনু' হায়না। ইমাগী য়ারক্তা লোইনা শোইদনা তারগনি খল্লুবদা থম্মোয় অসে পুবা ঙমদ্রে? তুমিন্না লৈয়ু য়ারক্তরে ঙসি ঐগী থম্মোসে ৱারৌনিংঙাইসু লৈতে। লমহেনবি ঐগী পুক্লিং অসিবু ইদোম ৱারকচবনি। ঐ কনাবুসু ৱারৌদে দা-নোংতম্বা? নোংতম্বনা সুনোলতাবু করম্বা ৱাহৈনা মাগী থম্মোয়বু পেলহনগনি খনবদা উপায় থিরি। করম্বা ৱাহৈনা করম্বা মীনোক্লা

- ঐখোয় ববাগী ৱাদি য়াররোই। মশাগী হৈনদ্রবনি। ববাগী ৱাদুনা মরম ওইদুনা ঐ-নঙ শাওনবগী মরম অমদি ওইহল্লোইসি সুনো? ঐ নঙোন্দা শেংনা হায়রিবসিনি। নঙনা য়ায়া থাজদ্রগা ঙসিয়ক চৎসি। ঐ নঙগীদমক লেপ্লি, নঙসু ঐগীদমক লেপ্নীয়ু?

সুনোলতানা নুংশিববু থাজবা ইঙম-ঙমদে। নুংশিবনা ঙাংলিবা শক্লিবা পুম্নমক মীনম্বা-লৌনম্বা ওইনা থম্মোয়না খল্লি। অদুনা নঙগীদমক লেপ্পি হায়দুনা নুংশিবনা কয়ারক হন্না হায়রগসু থাজবা লৈতে সুনোলতাগা থম্মোয়দা
- দা-নোংতম্বা ঐসু খংঙি। দা-নোংতম্বনা ঐগীদমক লেপ্পীরি হায়বা। অদুবু..। ঙসিদি হায়দবা য়াদবগী হায়বা মানবা ৱাহৈশিংদুনা ঐবু তোইনা লাক্লরি। হৌখিবা থৌদোকশিং অদুনা তুংগী পুন্সিবু অপংবা তাহল্লি পুম্নমকশিং অদুনা মরম ওইদুনা ঐবুদি হযেং মতমদুদা কাওথোকপীগনুকো অসি হায়রগা হীক-হীক কপ্লকই। নোংতম্বসু থম্মোয় শেংনা পুক্লিং নুংশিনা হায়রকই।
- নঙনা ঙাংলিবা অদুশিংদুগীওন্ন-তৈনবদা হয়েং ইচাও চাওনা ঐবু ইকাইবা পীরম্লবদি মদুগী দোষ নংসু ফংঙুকো।
- অসুক ৱাজরিবা থম্মোয় অসিদা। থাজদবা ৱাহৈ অমতং হায়বিবা ঐগীদি কযতা লাইবক ফরিবনো?
অসুম্না অমনা অমবু থাজনদ্রদুনা ৱারৌনরি। পুক্লিংগী ৱা শেংদোক্লদুনা। অরেপ্পা থম্নরি। অসি ওইরমানে পাখং-লৈশাবী হায়বদো। অসুম্না নুংশি ৱারি শানরিঙৈদা হৌখিবা খংহৌদে মতমসু।
কোরৌ নুমীৎনা মালেমসিদগী হেক চোংথখিবদা খংহৌদনা মমখ্রবা মালেম অসি। ইচিক চিক্লক্লে অতিয়াদা থৱাম্মীচাক্লা পুংলং লংলক্লে। ঙশাইমখৈ কদায়দা লোৎলুবনো খংদে। মথৌদা পুক্লিং চংবা অঙানবা নুমীৎ মাবু কিদুনা লোৎলুবা ওইরমানে? তঙ্খাইদা ঙাইরিবা থা অমসু ঙশাইমখৈদি মঙাল ফাওরমদে। হৌজিক্তি ইংনা তপ্পা অথোৎপা মঙালনা মালেম শিনবা থুংনা য়েংলক্লে। থৱাম্মীচাক লিশিং লিশিং থোক্লক্লবসু মচেৎ তারিবা থাজগুম্না নুংশিবা ঙমদে মসিনি ঐগী থম্মোয়গী অরেপ্পা।
মখোয় অনিমক ঙাইহাক তুমীন-তুমীন লৈনৈ। লোন্না-লোন্না য়েংনৈ। মীৎচীনা য়েংনবসু ঙম্নদে । অসুম্না লৈরিঙৈ সুনোতলাগী মনাওনুপীনা নুমীৎ তাশিল্লকপা অদুদা চীংনদুনা য়েংবা থোরকই, মমানসু কুইমল্লি হায়না হায়রকখ্রবনি।
- ইচে-ইচে, ইমানা থেংলে চংলকও হাইযে, ইতৈ ঐখোয় ইচেদো পাখৎ চাওবনি।

নোংতম্বনা মনাও নুপী লাতাদা

- লাতা, ইমানা চৈহৌরবরা?

- চৈববুদি চৈহৌদে অদুদা...।

- লাতা, নখোয় নচেসে খরা শেন্নরম্মুকো? মমিৎ মনাসে য়াম্না চোই।

- মীৎ চোইরিবদি ঐখোয় ইচে ওইরম্মোই। পুকচেল লেপ্তবা, ইনাকখুনবা মচানা খরা-খিৎ হেনবনি।

নোংতম্বনা নোক্লগা হায়রকই - হৈরেনে ঙাংবদি? ঙাংবীতোনগী মনাওনিনা।

- ননাও ঐনা কৌরিবা ইতৈসে অরেম্বদা তাহনবীগনুকো?

- নোং-নুংশিৎ, নোংহৌ, অখাক-অরাও খরা লাকপদা ঐবু থাদোক্তুনা কাইদোংফম হোংগে খনহল্লমগনুকো? মীরাই চাওবী নচেসে নখোয়না খরা শেন্নরম্মুকো?

নোংতম্বগী মতৌ য়েংদৌগী লাতানা লক্করকই

- লৈকোলদা শাৎপা লৈরাংনি। মপু পান্দ্রিবা? নোংমা ফাদোক লাক্লম্লগা ঐগীনি হাইনা খম্বন চাওবদি, কল্লকপা মাগী মতৌনি। পুক্লিংনা পামজরগা খোইদারগা নখুৎমক্লা হেক্তুনা নাপ থন্না চীঞ্জখো। অদুনত্তদনা নোংমা ফাদোক লাক্লগা লৈ মাবু য়েংবদি নিংবা কাইজনি। লৈরাং মাবু পামজবা খোয়দাবা খোইমু কাগুম্বনা নুংতি নুমীৎ খুদিংগী লৈকোল শংল্লরবদি ননাও ঐগী উপায় লৈজদে।

-- ০০ --

# মঙাশুবা শরুক

পুন্সিবগী য়ুমনি, নিংথিনা শেম-শারিবা হৈ-লৈ কয়ানা য়ুম অদুগী লৈতেংনি। য়ুমদি ফজবা নত্তে য়াম্না চম্বা য়ুমশানি, তিলনা কুপ্পা শঙফৈ য়ুমশানি। অদুবু শেম্বা শাবা, য়ুমগী লৈতেঙ কয়া মফম চানা শেম শাদুনা থম্মী। লৈগী জাৎতা মখল কয়ানি। থোঙ্গাল চংফমদগীনা শুমাঙ মতাই অকোইবা য়ুমগী ডারি মখোং পরেং-পরেং লৈগী লৈ ঙাক্তুনি শাৎলিবা, পোম্লিবা অঙাংবা অতরগুলাপ অৱাংগী পরেংদুমা পুঙাং-ঙাংলি শাৎলিবা অদুক য়াম্বা লৈ ময়ামদুবু মশিং থিনি কনানা? লায়রবসু চাবা থকপা ৱাৎপা ইমুংদি নত্তে। শুবা নোম্বা য়াম্না কনবা ইমুংনি। অসুম্না পুন্সিবা মাঙ্গোল ডারিদা মখোং য়াহ্দুনা ফন্রিঙৈদা নোংতম্বা গাড়ি মচা তোংদুনা লাকই। মদু উবদা পুন্সিবনা হায়,

- মরুপ নোংতম্বা লেঙশিনবিরকউ লায়রবা মরুপকী খাঙপোকশঙসিদা?
- (নোংতম্বা গাড়িদগী কুমথরগা, মমোন নোক্তুনা) মীগী মচাদি নুংঙাইথ্রমানে? ঐখোয়রোমদকা ইলাক লাকপিখিদরে।

পুন্সিবনা নোকমি-নোকমি তৌদুনা অসুম্না লক্লরকই। লৈত-লায়রবনিনা হিংবা ঙম্লবা হোৎনরিঙৈদা মরুপশিংগী মনাক্তা চৎপকা ইঙম ঙমখিদ্রে।

- লৈকাইদা ইনক-নক্লা লৈরবনিনা কদায়দগী চখোক্লনি।

পুন্সিবনা মী তাখিনি হায়দুনা পাখৎনা (চীন্দা)

- সিৎ, মী তাখিনি। লৈকাইসে মওং অমনি, হাইজনবা তমশনবা য়াম্না কল্লি।

নোংতম্বনা মখা তারকই।

- মী পাখং লৈশাবী নুংশিনরগা করিগীনো মখোয়না অদুক য়েংশিল্লিববু? তৌবগীদি নশা-নশা নু্শিনরগা লোইরে, মখোয়না ঙাংননিংবা ঙাংনসনু তল্লগা মরাইনা তোকচখিনি।
- মা-ঐ চম্না নুংশিনবগী ঙাংনবা ৱা নত্তে, কায়নবা থুগায়নবা মখোই ইমুংদা ঐখোয় ইমুংদা করি-করিনো পঙাংতা ঙাংনবদি লৌরমদবা ৱা লৌবকই।

থাজরমদবা ৱাসু থাজরকই, শাওনিংলমদবা ৱাবু শাওনিংলকই। মসিনা মরম ওইদুনা মখোয় অহনশিংগা ঐখোয় অহনশিংগা পংমুক্তা মুরুখ্রে। মখোয়না অদুমাইনা তৌরবনিনা ঐখোয় অনিদি উনবা ফংদরে অসুক নকনা লৈরিবা য়ুম্রেং অমত্তনিদনা? শক উনবা জাৎ নত্তে। অদুনা উপাই লৈত্রবনিনা অথেংবা অহিংদা, মী পুম্নমক তুম্নখ্রবা মতমদা উনবা নত্তনা উপাই লৈত্রে। মদুসু ওন্থোক্না ৱানা উনখ্রবা জাৎনি।

- অদুক ৱানা লৈদৌগী শরুক হেক্তা চেন্থোক্লগা লোইরে কৈনো। মী নুংশিনজবা থুংনবদা ঐখোয়গী কৈসু ইরাল লৈতে। নত্রগদি অথেংবা অহিংদা নুংতিগী সুম উন্নরক্লবদি কুন্তিগুম্না কর্ণনা পোকচখিনি পুন্সিবা?

পুন্সিবনা হেন্না ফাগী তৌশিল্লকই।

- অদুবুদি শোইদ্রবনি। (মখোয় অনিমক নোকমীন্নে)

নোংতম্বনা মখা ৱা খংনিংদুনা মখা তানা হংলকই।

- অহিং অথেংবদা উন্নবদি মাগী কাদরা? মপান্দরা?

- কদায়দগী ৱানো অহিংদকা তোইনা চেক তৌখ্রবা জাৎনি। থোংকা হাংবা লাকপা য়াবা নত্তে অদুনা রোবকাগী কাদা তুম্বা শাদুনা তুমীন্না চংলগা লৈবনি। ৱাকা ঙাংনবা জাৎ নত্তে, খুত্তনা সাইন তৌনরিবনি। হাইফেৎ চিংনরবদি কা থোং হাংদোকহল্লগা কাদো চেক তৌরম্লিবনি। মদুদা ঐদি কাংখাদা লৈবা য়াওখ্রে, মদুতা নত্তে অৱাবা কয়ানি ঐনা নংখিবা?

নোংতম্বনা নোক্লগা হায়রকই,

- নঙগী ৱারিসিদি ফনবু নুংঙাইহিরি।

- ঐদি ৱারিদা পুংকাউ কাউথোক্লুরে, চা থকসি ঐ হেক্তা লোল্লক্কে ইমাহোইসু থবক চখোকখি।

- য়ারেদা থক্লরোইসি ৱারিনা হেন্না নুংঙাই ঐসু হয়েংদি চৎলনি। অদুনা চৎলমদাইসিদা নঙগা উননিংদুনা লাক্লিবনি।

- (পুন্সিবনা ঙক্না) সুনোলতাদি কমদৌরবা? মাদি নঙগীদমক য়াম্না ৱাজরবনি। নঙনা হন্দকমুক চৎলিবসে চহি অনিমুক্তি চংঙরনি।

- হোয়, অদুমাইনা চংঙরনি। হন্দকমুক হেক থোক্লকপগা ঐসু মাগা লুহোংলনি মতম অদুফাওবদংদি ৱারবসু ৱানা ঙাইরগে খল্লে। মাসু য়াম্না শাওহৌর্বনি। চৎলমদাইসিদা ঐ-মাগা উন্নরমদ্রবনি, করিগুম্বা উনবাতারবদি মাগী মতৌ অদুদা ঐ-মাবু থাদোক্কুনা চৎপা ঙমনি হায়বা থাজদ্রবা? অদুনা মরুপ পুন্সিবনা খরসু ঙাক শেল্লম্মু। মাবু হায়বা মীসু য়াম্না লাকপনি। মশক-মতৌনদি ফজরবনিনা ঐখোয়সু খরা ৱাব্বা তাই। ৱানা-ৱানা হিংনবগী লম্বীসু থিহৌদবা য়াদে। মা-ঐগী নুংশি ইপাক্তা ইরাক্লরিঙৈ পুন্সিসে লম্বী অমদা চৎখিদুনা হিংনবগী লম্বীসু লম্মুক্ল খিবা তারগদি ঐখোয় হায়ফম খংদনা ৱারক্কনি মরম অদুনা মাবু নুংশি-নুংশিনা চহি অমা-অনিদং এম.এ. সিদং লোইশিল্লুখিগে।

- (পুন্সিবা শকফম খঙহন-হঞ্জি[illegible]) [illegible]তম্বা মণি[illegible]দা হিংবা য়াম্না লুরবনি। নোংমা নিনি লম্বী অনিখক্তুং থিংজনখিবদা পোৎকী মমল হায়নিংঙাই লৈতে। মণিপুরগী মীয়াম অঙাং-অঙাংবা চাওনরে। দাকুতিগী মখুত্তগী দাকাতিনা লাক্লে। লিডর মশিং থিঙমদ্রে, অচুম্বা শাবা ঙাক্তা ঙাইরে। অচুম্বদি তৌদ্রে।

- লৈবাকসিগী অৱা-মৈশা ময়ামসে লিনরবদি নোংমা-নিনানা য়ারোইদ্রে মসি কোন্না নৈনরসি।

- হোইদা মসি নিংশিংদবনা ফরবা জাৎনি।

- ইহে! কাউরমনিদা চিঠিসিমদং খরা পীবীয়ু, চিঠিসি ফাওবা ইরমদ্রবদি ঐ য়াম্না নিঙমহৌররোই।

- ঙরাং নহান উনরুই হাইববু খরা শাওনরকপরা?

- শাওনদে, ঐ উবা মহাক য়াম্না কপ্পী। ৱা অমত্তা ঙাংদে মমিত্তগী পীতমক তাই। তশেংনা ঐনা হন্দকমু ক চৎপসি মহাক চৎহন্নিদবা মাল্লি। মাগী পুক্লিংদা করিগুম্বা খরা লৈ। ঐসু য়াম্না চীংনবদি, অদুবু ঐনা কয়ারক হংবদা মহাক ৱা অমত্তা ঙাংদে মদুদা ঐগীসু উপায় লৈতে।

- তৌবগীবুদি মবুং মৌপৱা লৈতবা অমদি মপাসু লৈতবনিনা মথক্তা মপুক্লিং নুংশিজবা জাৎনি। মাবু হায়বা লাকপা মীসু নোংমগী কাংদে কৈনো। কদায

কদায়দগীনো অহল-লমন ময়ামসিনা অঙকপা অমনি।

- মীনা তোইনা হাইজিল্লক্লবদি, তোইনা ঙংলক্লবদি নোংমদি শোইদনা মপুক্লিং ওনখিবা য়াই। ঐগীনি হায়দুনা কন্দুনা থম্বদি য়াবা নত্তবনি। মীগী মচা লৈশাবীনিনা নঙ-ঐনা করি হায়রুনি।

**পুন্সিবগী বাদো তাবদা নোংতম্বা থম্মোয়দা অবাবা ফাওরকই, পুক্লিংদা চিংনবা অমদি ফাওরকই হায়দি হায়দোক্তে। পুক্লিংদা মওং মওং খল্লক্তুনা ঙাইহাক অহাংবা অতিয়দা য়েংদুনা তুমীন্না লৈ। মতৌ অদু পুন্সিবনা উরদুনা অসুম্না অমুক হায়রকই।**

**- করিসু চিংনরুনুদা! হৌনশানি তাইবং মীওইবগী।**

ᴗᴗ

# তরুকশুবা শরুক

কালেনগী তরামরি পানবা নীংথিনা শারবা মতমনি ইশাদা ফি থোংনীংদ্রবা মতাংনি থেংলবা অহিংদা নুংশি মৈচাক্লা তুম্বা য়াদ্রবা ঙাংবীদোন ফমূংদা লৈবদু য়ারক্ত্রদুনা কাগী থোঙনাও অদু হাংদোক্লুই। কালেনগী নুংশানা চাকথেক্তুনা হৌবা ঙমদ্রবা মনা-মশীং কয়া অহিংগী লিক্লাদা তগৎ-তগৎ তেকখৎলি। ঙাংবীদোন থোঙ হাংদুনা তপ্পা থোরকই। মৈচাক অদু খরা ফগদ্রা খন্না অদুবু নিংথীনা ফরবা থাবলগী মঙাল অদুদা মাঙ্গোল দারিদা মথোঙ য়াহদুনা ফম্নগা থাবু মুন্না য়েংদুনা লৈ। নীংশিংলকই হৌখিবা থৌদোক মথং-মথং, তাঙাং-তাঙাং পোমতক তৌবা খজাইদুদা মীৎকী পীনা তপ্পা তপ্পা ঙাইহাক খজাইদুদা তোংলম্নগা লৈমায়দা তাখি। অসুম্না মথন্তা শোঞ্জে। মহাক্লা ঐবু নুংশিরমখিদ্রা? নৎত্রগা কনাগুম্বী মতিক চাবী অমগা....... থাজনীংঙাই লৈত্রবা নিপাগী থম্মোয়সে চিংনদবসু ঙমদে। নোংমা নুংশিবগী কল্লবা নোংলৈ নুংশিৎ অমনা মফম খঙহনখিদ্রবা ঐগী চরৈ ফিদো মানা

তপ্পা খুনগৎপীদুনা ঐবু নুংশিবা ৱাহৈনা থেমজখি। 'ঙাংবীদোন নঙনা ঐবু থাদোক্নুনা অতোপ্পা কনা অমগা পুন্সি লৈপুল শেমখ্রবদি ঐদি করম্না লৈহৌগনি? নহাক ঐবু থাদোক্নুনা মফম কৈদসু চৎখিনুকো ঙাংবী'। ৱাহৈশিং অদু মথং মথং নীংশিংলগা মথন্তা অমুক পূম্নমক মীনম্বা ঙাক্তনি ঐগী ইফমদা, করিগীনো অসুক কুইরবা মতমসি চিঠি অমা ফাওবা ইরকখিদ্রিবা ইনাক-কৈরাক খুনবা মচাশিংসে অসুম্না লোইনা তৌবা জাৎলা? নোংমা মানা লাইরিক তম্বা চৎলমদাইদা হায়খিবা ৱাহৈশিং অদুগা ঙসি মানা ইফমদা ৱাহৈ অমফাওবা খঙহল্লক্ত্রিবা ময়ূমদা চত্নুনা মাগী লৈফম হংলুবসু ইকায়। ময়ূমদদি শোয়দনা চিঠি পীরক্লমলনি। ঐগী ইফমদা করিগী? নৎত্রগা ঐবু ৱারৌবকা লৈখিবা জাৎলা? অসুম্না ঙাংবীদোন থেঙলবা অহিং অদুদা হিক, হিক কপ্লম্মী। মমানা মীকপ থোরকপদা মপান্দা ৱারি শান্নবগুম তারকখি মঙ ওই হা ওই পাখৎনা মীহুন তিং-তিং চোংবা মখৈ তপ্পা তারি তূমিন্না অমুক লৈখিবা অদুদা য়েংলুবদা মচা ঙাংবীদোন্না ফম্বা অদু উরকখি।

মমা - ঙাংবী?

মচা - ইমা?

মমা - কৈদৌরে? অথেঙবা অহিংসিদা মাঙ্গোন্দা নথন্তা ফম্লিবদি? থেঙলে তূম্বা য়াদ্র?

মচা - তূম্নিংদদুনা লৈরম্লিবনি ইমা।

মমা - তূম্নিংদ্রবসু ইমূংদা চঙলকউ মতম ফত্তে।

মচা - হোই ইমা চঙলক্লগে।

মমা - নত্তে নঙবু কৈদৌরগে?

মচা - ঐ কৈসু তৌদে ইমা।

মমা - হন্দক মরকসে নহাক মওং অমা ইতৌ-তৌই ইমা য়েংবা নুঙাইতে। চাকসু নিংথী নুংঙাইনা চাদবা কুইরে। নশাদো নুংঙাইত্রগা ডাক্তর চৎসি।

মচা - ঐ কৈসু তৌদে, চুম্না কোক খরা চীকপগী ৱানি ইমা।

মমা - চাক, ঈশিং অমত্তা চাদ্রিবদুদি।

মচা - অইং-অশা ওন্নরকপা অসিদা হকচাংসে চানীং-*থক্লীংদবা খরা পোকপতনি।*

মমা - ইবেম্মা ইমাসু নিংঙোলনি।

মচা - ইমা, (*মমাগী ৰাহৈ অদুদা সুনোলতা পূক্লিং নুংশিরকই*)

মমা - নঙবু পোকচবী নমা ওইজরবসু নিংঙোলগী অফ-ফত্তা তান্নফম থোকই। ইমা ইচাগীদি কনাসু লৈতে। ফরিমখৈদি ফৈ। ফৎলক্রুগদি লুখ্রাবী মচা লমহেনবী হায়নখিনি।

মচা - ঐসিবু ইমাগী নচা নত্রুবরা?

মমা - ফরেসে চঙলকও থেঙখ্রে।

মমা, মচাগী পাউখুম অদুদা মখা তাদে। থাবল ফরবা অহিংসে নুংশি ৰাখন্দা পোত্থাফম খঙদ্রবা, পূক্লিংদা মওন-মওন খন্দুনা, হিক্লা হিক্লা কপচরিবা থম্মোয়বু অমুক থেম। ৰারৌদুনা মাবু অমুক চৈ। তাইনফম খঙলক্রুবা মতমদা লাঞ্জদ্রবা নোংমদোল থাজদা তাইনদুনা ওইনজৈ। অতিয়াদা পাইরিবা অমুবা নোং মপৈ-মপৈবু তৎতনা হংজৈ। চান্নবী ইতা, পাম্মুবা কনাগী মপাউবু লাক্লরোই হায়বা খঙলকউবা, ঙাইহিরি লাকখিনি খন্না। চুম্না নাবা অনাবদি হিদাক অমা চারগা ফৈ। নুংশিবনা নাবসিদি, করি হিদাক্লা ফগনি। কংদুনা কেঞ্জরিবা অকংবা ঊনা ফাওবা উরগা মখন্তা কপচৈ। চেক্লা পী থাদোইনা খোংলগা থম্মোয় শোক্লা কপ্পী, মসি ওইরমানে নুংশিবা হায়বদো। মচি খূদিং তূমীন-তূমীন উন্নদুনা ৰারি শান্নরিঙৈ করিসু খল্লমদে। হেক লাপথোক্লখিবগা চিংনবা ৰাখলনা পোত্থাহনদে থম্মোয়বু হায়নীংবা ৰা কয়া হায়হৌদে পাউখুম কয়া শেমদুনা থমজৈ থম্মোয়দা অদুবু নুংশিবনা ইনাক্তা হেক লেপ্পরবসু হকচাং পুম্বা নিল্লিবনা করিগী? থম্মোয় শেংনা নুংশিরুবা হায়বসে মাগীদমক লেপ্পীংই। তাম্নবা মীরম্রেন্দা নিংথীনা ফজরবী কনাগা ফম্মীন্নরমগদ্রা? নুংশিগী ৰারী শারমগনি। খঙঙি নিপা হায়বসে থেংনা থেংনরুবা মাগী ওইনীংঙি। নিঙোলগী থম্মোয়বু খূত্তুম চন্নবা লৌনম ৰাহৈ কয়ানা তত্তনা থেঝীরি। মসিদা

থাজরুবা নিঙোলগী থম্মোয়সে ঙসিদি হায়ফম খঙদনা ৱারে। নোংমা মানা হায়খিবা ৱাদো লৌনম্বা ওইরমগদ্রা নীংশিংলকই। হৌখিবা থৌদোক মথং-মথং নুংশিরবা ইতারোই হাক্লা থাজবা থম্নু নিপা হায়বা জাৎসে চিরবা মতমদা নিঙোলগী লেপ্লীদে। মশাগী য়েংখি, কনা অমগীদমক নাথৈখি।

-- ✓✓ --

## তরেৎশুবা শরুক

মেরা থাগী তরুক্তি পানবা নোংমাইজিং নুমীৎকি নুংখিলদা ঙাংবীদো মথোয়গী মমাঙ পুখ্রী মপান্দা হৈ-লৈ নিংথীনা হৌবা মফমনি। নুংতিগী শিৎ-শেংদুনা থল্লিবা মফমনি। ঙাংবীদোন রেডিও পায়দুনা নোংমাইজিং নুমীৎকী পুং ১২ গী দ্রামা (নাটক) তাদুনা ফম্লি। মশামক্কী ৱারীগুম কপ্পি দ্রামা তারগা... হে নুংশিবা নহাকসে অসুক নুংশিবসিবু করিগীনো, নুংশিবনবু হায়রক্লবদি য়ানীংদবা লৈতে । পাম্মুবসু খঙদে, মানা হায়বদা য়ানীংই। অদুবু! নুংশি-নুংশিনা কায়নবখিবদি মীগী ওইখ্রবসু অদুম নুংশি। মতম অমদা ঐগী নুংশিবা .... ইপান থাগী ঈচেলনা, অহানবা লৌবুক্তা মাইগৈ খঙদনা লৌরি পাবা মখৈ চেনখি। কুমগী নোংনা লৈরিঙৈ মতমদা চুরম্মী তৎতনা থম্মোয়দা মাগী নুংশি ৱাহৈ..... অদুবু ঙসিদি লৈকংলা ওল্লে লৌবুক-লমহাং খাঙবা ৱারে, নুংশি মপাউ তাদরে।

অসুম্না ঙাংবীদোন নুংশি ৱাখলদা অঙাওবীগুমখ্রে। অমুকসু হেদো নাহে চল্লিবা অনাবগুম চাদ-থক্তরে। ময়াং ইকং-কংলে, শম্লাং ইফা-ফারে, তৌরাং ফবাক্তা ওল্লে অমত্তা ৱাবতা নত্তনা অপোকপী মমাসু ৱারে। মচাগী মতৌ অসিদা মমা ওইজরবসু নুপী মশেন্নি, করিগী খরমথৈদি খঙদনি। মচা নিঙোলশিংনা মচাবু মমান্নবীগুম অমুকসু অফ-ফত্ত খন্নে। ঙাংবী - ঐগী ৱারীশিংসে ইমাদা হায়দোক্লদ্রা খঙদে। ইমাসু ঐগী ইতৌসিদা খঙদবদি নত্তে। অসুম্না ঙাংবীদোন হায়ফম খঙদনা

লৈরিঙৈ মমান্নবী রেবিকা গারি মচা তোংদুনা লাকই। রেবিকা, য়াম্না ফিংনা নুংঙাইবা মায়থোং পুদুনা চঙলকখি। ঙাংবীদোন, ঙাংবীদোন ... ঙাংবীদোন মোং ইহা-হাদনা করিনো অদুক ফিংনা?

রেবিকা - করি ওইনি নুংঙাইবা মপাউ তমগে হায়গে লাকপনি। নয়ুমদা লাক্লগা কৌনীংদ্রবদি চৎলগে ইবেম্মা?

ঙাংবীদোন পূক্লিং লাঙতক্লনা - রেবিকা মীগী মতৌসু খল্লা খঙনসি।

রেবিকা - ঙাংবীদোন মাগী মপাউ অমত্তা তাখিদরে, চিঠিসু থারক্লখিদরে ।

ঙাংবীদোন - করিবু হায়সিগে, মাগী মপাউ - অসি হায়রগা কপখি, কপ্না কপ্না - রেবিকা নুংশিবা হায়বসে করিনো অসিরা!

রেবিকা - করিসু খল্লুনুদা নোংমদি মাসু শোয়দনা লাক্কনি ননাক্তা।

ঙাংবীদোন - নিপা হায়বসে নিপানি, মফম অদুদা লৈরিবা নুপীশিং মশাক য়াম্না ফজে হায়। মীরমদগী লাকপা নিপাশিংসে মখোয়বু উবদা ঙাওদবা ঙমদে হায়নৈ।

রেবিকানা পূক্লিং নুংশিনা - নিপা হায়বা জাৎসে ইনাক্তা লৈরিঙৈ ঐগীনি ইনাক্তগী হেক লাপথোকখিবদা নিপা হায়বসে ঐগী নত্তে হায়নৈ।

ঙাংবীদোন - মদু অসেংবনি ঐগুম্না নুংশি মৈচাক ফংবা কন্না....... - থম্মোয় শোক্লা ফোংদোক্লম্বা ৱাহৈনি।

রেবিকা - থেংলবা অহিংদা লাক্লরোই নীংই মানা ইনাক্তা, থাবল ফরবা নুমীৎ খূদিং মাতনা ইনাক্তা লৈহন্নীংঙি।

ঙাংবীদোন - অশেংবনি রেবিকা থামম্বা অহিং কয়াদা খাকনা-লাউনা চুরিবা নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা নোংমা মানা লেপ্লম্মী। ঐগী কাগী থোঙনাও মনাক্তা, মাগী ৱাখন্দা তূম্বা য়াদ্রবা অহিং অদুদা, হেন্না থোইনা নুংশি মৈচাক খাঙলিঙৈ তাঞ্জা অদুমক্তা মায়াগী শক্তমগুম লাক্লম্মী। মানা চৎলমদায় মীরমদা। লোইনা চোৎলবা মশা অদু ঐনা কয়াদা নুংশিখি। থেঙলবা অহিং অদো খঙহৌদে হৌখিবা। নুমীৎ অদুদা চেঙ্গরিবা নুংশিবগী ঈচেলনা মাইগৈ খঙদনা চেহ্গখি। - অসুম্না হায়রগা

হিক হিক কপখি। রেবিকাসু [illegible]।

রেবিকা - ঙাংবীদোন ঐসু নুপীনি নঙোন্দা থোক্লিবা অদুম্না ঐগীসুনি, করিবু হায়রুনি পঙলবা থম্মোয় অসি ইতোম কপচবা নত্তনা?

ঙাংবীদোন - নক্না লৈরিঙৈ অসুম্না ৱারমদে। নুংশিবনা লাক্কনি হায়খিবা নুমীত্তা। কয়াদা ৱানা ঙাইজখিবা। হে নুংশিবা নঙনা অসুক থেঙনা লাক্লিবা করিগীনো হায়না হংলুবা । নুংশিনা খুম্বীরকখিবা মাগী পাউখুম, তাখিদবা কুইরে ।

রেবিকা - মীরমদা লৈবী নুপী কয়াগা ফম্মীন্নরমগনি খল্লুবদা হায়ফম খঙদনা ৱাবা হেল্লি ঙাংবী।

ঙাংবীদোন - অশেংবনি অসুম নীংশিংলুবদা ঐনা কয়াদা কপখিবা, ইথন্তা লৈরবা মতমদা মাবু নীংশিংবা অসুম হেল্লি। মীৎকী পীসু মনিং তম্বা হেল্লি।

রেবিকা - ঙাংবীদোন, খল্লরোই খল্লুবা মীৎকুপ খুদিং খনবা হেল্লি মাবু অসুম, অদুবু ঐগীদি লৈকাই অমতদা লৈমীন্নবনা হায়ফম খংদনা ৱাই।

ঙাংবীদোন - অদুক নক্লনা লৈরগা করিগী অদুক ৱারিবা? উননীংবা মতমদা উনবা ফংবা, অয়ুক-নুংথিল লৈতনা উনবা য়াবা নুংশিবা অদুবু করিগী ৱারিবা?

রেবিকা - (হাইফেৎ নোক্লগা) লৈকাইনা হেন্না ৱাই, ইবেম্মা।

ঙাংবীদোন - ৱারগা হেক চেনখ্রোদনা।

রেবিকা - অদুসু হেক য়াদে ইবেম্মা।

নোকমীন্নে, নোক্লা-নোক্লা হায়রকই ঙাংবীদোন্না,

- মী তুম্লখ্রবা মতম, কাগী থোঙনাও হাঙদোক্তুনা তুমদ্রি হায়বা খঙনবদো, ঐদি নত্তেইবেম্মা।

রেবিকা - (নোক্লা নোক্লা) নঙমক ঙাইরে খঙবিরিবা।

ঙাংবীদোন - খঙদদি কৈনো, ঐসু নিঙোলনি।

রেবিকা - নঙগী শক্তা ঙাওখিবা পাখং কয়া-কয়া য়াওখ্রবনি। ঙাংবীদোনগী ফজবদা ঙাওদবা কনা লৈবগে?

ঙাংবীদোন - (শকফম হঞ্জিন্না) পংগা থাগৎপীগনু ইবেম্মা ঐগী করি ইতিক লৈদুনা ফজরিবনো?

রেবিকা - ফজে হায়রগা, শকফম হঞ্জিল্লিবদুবু করিনো? ঐখোয়দি ইবেম্মা, নঙদৌনকা ফজরবা নিপাকা অমত্তা কোযনরোই। নিপাকা চাকহন্দুনা থমদৌনি।

ঙাংবীদোন - (কন্না নোক্লগা) নঙোন্দগী কয়াম হেল্লদনা!

রেবিকা - খঙলেসে, ইবানিদা থাগৎনরোইসি ঙাংবীদোন, অতাবা মীনা তারগা নোক্কীংলম্লনি। অদো চৈরাওবসিবু কৈদৌসিগে?

ঙাংবীদোন - চৈরাওবদি কৈদৌরুনি এঙ্গাং মথেল চারগা, চহী পোরগা লোইরেদনা।

রেবিকা - চহীসু পোসি চীংসু কাকসি।

ঙাংবীদোন - চৈরাওবদি অনীনি করম্বা নুমীত্তনো? নঙগীনা নোংমা পানবা, ঐগীনা থাসিরমদায় অদো, করম্বা নুমীৎতা চৎসিগে? ধর্ম্মনেনা তৌরিবসিনা চুম্বদি মৈতৈগীসিনা চুমদরো?

রেবিকা - অহলশিংনা য়াদবগী তৌবনি। হয়েং মী মন্মৃমদদি তোঙান হেক চাবগা মৈতৈ ওইনা তৌবগীদি মখোয় ইমুংদি মৈতৈনি।

ঙাংবীদো - খঙদেদা লৈবাকসিদা তৌরিবা মতৌসে মুস্লিম অমত্তা খাইদোক্লদে, চীংমী অমত্তা খাইদোক্লদে, ঐখোয় মৈতৈ হায়বা জাতিসিনা খরা-খিৎ হেল্লি। মথোং মরম খঙদনা অচৌবা পাম্বা, শূদি শূনীংদনা অহাওবা চানীংবা লৈতি লৈতনা অরৈবা শাবা, মতৌ তম্বদদি মীনা হেন্দে।

রেবিকা - অদুইব্রাদি মচীন্দনা মরৈপাক্কী থবক্তা মশাগী, অফাওবা শানীংদুনা অখুনবা নোংমৈ অমা পায়রগা ঐদি... অদুদি খরা লৈরগা হেক্তা শিখি।

মরক অদুদা মমানা তপ্না কৌরকই ইবেম্মা, ঙাংবীদোন নখোয়বু করি ব্রারি শান্নরিবনো? নুমীৎ তাখিদৌরে, ঈশিং শোকচল্লব্রা?

ঙাংবীদোন - হোয় ইমা, শোকচল্লগে।

রেবিকা - ঐসু চৎলগে, থেঙখ্রে ইমানা কদায় চৎখ্রবনো হায়রম্লনি।

ঙাংবীদোন - চৎলো থেঙখ্রনি।

মমা - নখোয় অনিবু করি ৱারিনো, ওহোক্লা কুইনা শান্নখ্রেনে। রেবিকা নঙবু নমাদা হায়রব্রা? থিরক্লোইদ্রা?

রেবিকা - হায়ববুদি হায়রম্মী, চৎলে-চৎলে।

মমা - ইবেম্মা ঙাংবীদোন, ইমা মনা-মশীং খরাসিতা য়োহোক্লুখিগে থুমসু লৈত্রবনি ইমা লৈরক্লগে।

.............

## (৫)
## নিপানশুবা শরুক

শজিবু থাগী নোংমা পানবা ইরাই নুমীৎনি থা অসিগী অহানবা হৌবা নুমীৎ অসিবু মৈতৈ চৈরাওবা, ঐখোয়গীদি চহী হৌবা নুমীৎ নোংমা পানবা হায়না খঙনৈ। অদুবু মৈতৈ ঐখোয়গী ইরক্তা ইকুই কুইদনা তোঙানবা ধর্ম্ম লাকপদগী তাঙ্কক অনি থোক্লা লৈখি। নোংমা পানবা নুমীৎ অসিবুনা মৈতৈ ঐখোয়গীনি খঙনখি। অদুগা থা অদুগী মরক্তা নুমীৎ অমা হেক্তা তাবা নুমীৎ অমদা গৌর ধর্ম্ম চৎপা মীগী ওইখি। অসুম্না ঙাংবীদোন অমদি রেবিকা মখোয়সু চৈরাওবা চীং কারকখি। রেবিকাগা নুংশিনজবা লৈকাইদা লৈবা পুন্সিবদি চীংখোংদা লৈরম্মু হায়নবদগী ঙাইদুনা লৈরম্বনি। অদুবু ঙাইহাক ঙাইদুনা লৈরম্বদগী মমান্নবা খরনা পুদুনা লম্বী অমদা চৎখিরম্বী। সোমদনা ঙাংবীদোন অমসুং রেবিকাসু চৈরাও চীং তম্না লাকই। মখোয় অনিগী ফজবা অদুদা লম্বীদা চৎলম্বা মীয়াম্না শোন্নৈ। ওহোক্লা ফজখ্রেদা? অঙাংবা মচুগী ফুরিৎ লীৎপী ঙাংলৈনবা ফনেক অসিগা কয়াদি চানখ্রে। অমসিসু হাইরপ ফজে অদুবু! অমসিগা পান্নবসিদদি ওহোক্লা খেন্নরে অসুম্না অহল-নহা-হনু কয়া ঙাঙনদুনা লৈহৌই। মশাক অসি উবদা ইচা-ইমৌ ওইনীংখ্রেদা মতিক

মপা চাদবা পাখং মচা কয়ানা তকসি শোন্দুনা মতিন য়োৎনৈ । অমুকসু অসুম্না হায়নৈ লম্বী চৎপী ফিঙাং ইনবী তাদৈ কৈনো ইতৈমা হায়দুনা ঈশৈ ওইনা শক্তুনা লৈহৌবসু কোঙ্গায়নি। ঙাওশিন্নবা নহা কয়াদি মতুংদা শল্লুপ-শল্লুপ ইন্নরি। ষন্নাও মচানা মথি তৈরগা তোকই হায়বদো অসি ওইরমানে। নহা-পাখংশিংনা লক্লরিবদো খুন্নুবা লৈতে, তারুবসু লৈতে, য়েংলুবসু লৈতে। মখোয় অনিমক য়েংবু-য়েঙলুদ্রবদি, তাবু-তারুদ্রবদি, খরা ইন্নরম্নগা অদুম চৎনখি, কান্নদ্রে খন্দুনা অসুম্না মখোয অনি।

ঙাংবীদোন - নঙগী হেরোদুবু ঙাইরমগনি হায়বদাই।

রেবিকা - চীংখোঙদা লৈরমগনি হায়বনি, খঙদেদা লৈকাইগী মীনোক মৈশাবু খঙগদ্রা? নুংশিবগী অহল-লমনগী চৈরাকপু খঙবনে? ৱারী শাফমসু খঙদে। পাউতম্ফমসু লৈত-থম্মোয়নুংদা চাক্লিবা মৈচাকসে কনাসু খঙদ, লৈকাইগী ইমান্নবী কয়া লৈ। লুনা তিন্নবা কয়াসু অদুবু, লৈকাই খঙগদ্রা, ৱারিবা মা-ঐগী নুংশিবসে। লৈকাহ কনাদা তম্লান।

ঙাংবীদোন - নখোয় ইমা পাবুংদি করি হায়রি?

রেবিকা - ইমাদি চপ চানা খঙলে, পাবুংদি ইমাদা পাবুং খঙহনগনু হায়দুনা কন্না মেল্লি। য়ুমলোন্নৈ হায়বগী ৱানি, উননীংবা মতমদা উনবা য়াম্না ৱাই।

ঙাংবীদোন - অদুবু হৌজিকপু লৈকাই খঙদ্রিঙৈদা কায়নরগে হায়বরো?

রেবিকা - কায়নবা ঙমনি হায়বা থাজদে।

ঙাংবীদোন - নুংশিনববু লৈকাইনি লম্লানবনি হায়দুনা নুংশিনরোইসি য়াবরো?

রেবিকা - হোয়দা, লৈকাইনা লুদে, নুংশিবনা হেল্লি।

ঙীংবীদোন - চীংখোঙদি য়ৌরে, অসোমদা মীয়াম চৎনরিবা অসোমদা চৎসিরা?

রেবিকা - মফমসিদা থেংনসি হায়বনি। লাক্রিবরা খঙদে, ঙাইবা ওইনা ঙাইহাক পোত্থাখিসি হৈনৌ মখোঙসিদা ।

ঙাংবীদোন - ফজদ্রা চীং লম্বী অসিদা পরেং পরেং চৎলিবা মীয়াম অসি, অদুগা

কয়া অমনা মাগী মাগী পাখং লৈশাবী, উখোঙ খুদিং।

রেবিকা - (ফাগী ওইনা) [illegible] শায়াব, [illegible]নৈ।

অসুম্না মখোয় অনি হায়নখিবা চৈরাও চীং মখোঙদা ফমদুনা লৈ। পাখং লৈশাবী ব্নারি শান্নরিবা খরা অমনা লুকথনা শান্নে, খরনা নোক্ল-খেনা শানৈ, খরনা খূৎ শম্ন দুনা চীংদোন তম্না কারি।

শারবা নুংশা মরক্তা অঙাং-অহল কয়াসু চৎনরি, পষ্থুংফম অমা তম্না। অঈংবা বরফ য়োনবা ময়াং অমদগী বরফ অনি লৌদুনা ঙাংবীদোন, রেবিকাসু নুংশাগী অশাবা মৈশা অদো খাঙলি। বরফ য়োনবা নিপা অদুনা পৈশা লৌখিদে। রেবিকানা তান্নদুনা পী, লৌ হায়বা য়াখিদে। রেবিকানা করিগীনো বরফ যোনবা মযাং অসিনা ইবানিদগী পৈশা লৌদ্রিবা অসিনা নাইতোম তারবা ইবানিবু উবদা নুংশিরুরবরা খংদে।

ঙাংবীদোন - (ফাগী ওইনা) অতৈনা নুংশিবীদ্রবসু বরফ য়োনবা নিপা অসিনদি নুংশিবীরিদনা।

রেবিকা - (কন্না নোক্লদুনা) অসুক যামখ্রবা মীয়াম মরকসিদা নন-মণিপুরি অসি খক্তনি ইবানিবু নুংশিরিবা। মসিগী চপ চপাবা প্রমান্দি চূপলিবা বরফ অসিনা সাক্ষিনি।

মখোয় অনিমক কন্না নোক্লিবা অদুগী তাঞ্জাদুদা তুংলোমদগী পুন্সিবনা

পুন্সিবা - বরফ অদু ঐসু চূপচগে? খংপ্রেক খংবা মখে মখোয় অনীনা - বরফতি মপু পানখরে।

পুন্সিবা - য়াহৌ থেঙবা সেম্দ্রাং সুক্ল লাল্লদ্রা?

ঙাংবীদোন - নপুকচেনতা শেংঙু মচং পীজগে।

পুন্সিবা - পুকচেলগী ব্নাদি শজিবুগী নোংলৈনা মাইগৈ খঙদনা পুবীখিগদ্রা খ দুনা ইমান্নবা অমত্তা তাক্লমদনা নোংলৈনা হুব্বা অকংবা উনগুম মাইগৈ খঙদনা পাইরকপনি।

ঙাংবীদোন - পাইরক্লরোই খল্লব্বা চেক্লোদো পাইরক্লে। হৈনৌ মাপল উমদুনা। চৎলো

রেবিকা নংগী থম্মোয় লকানুংদা মনীংতম্না খোংহল্লুরো।

রেবিকা - ব্রা খঙবী ইবেম্মা, নঙগী মীগী অব্রাবা উবসে উইদা?

ঙাংবীদোন - মরোল খোক্রুবা উপাল অসিগী মপান তাংদুনা কংলবা থম্মোয়গী লৈকংলাগী ব্রারীসে তম্নমগে লেঙদ্রবা উপাল অসিদা।

পুন্সিবা - থৌজাল হৈনা মপু মালংবনা কংলবা থম্মোয়গী লৈকংলা অদুদা অমুবা নোং পুদুনা শোয়দনা লাকখিগনি।

রেবিকা - ঙাংবী, নথন্তা নুংঙাইগদ্রা? পূন্না সুম কারুসিদনা চীংদোল য়ৌনবা।

ঙাংবী - ঐদি কাবা ঙম্রোইএ, চৎলো নখোয় অনি।

পুন্সিবা - নুংঙাইগদ্রা? নথন্তা।

ঙাংবী - দা-পুন্সিবা লাপ্নদি পুবীখিনু মীপাই চাউবীনি।

রেবিকা - ফরে অদুদি অসুম ফম্নম্মুকো কুইরক্লোই।

পুন্সিবা - নাইতোম তাবা কৈনা চাজনিকো?

ঙাংবী - নখূৎ চল্লে খন্দুনা লাপ্না পুবীখিনুকো? পুন্সিবা...

পুন্সিবা - (লাপনা) তাংনা ফংবা মতমনে। তহা-তহা থাদোকফদে

অসুম্না চৈরাওচীং মখোঙদা ঙাংবী মথন্তা ফমহৌই। মথন্তা শোঙ্গহৌই তপ্না হুন্নিবা হে মালংবা, ঐবুসু পুবীয়ু নুংশিবগী মনাক্তা। কৈদৌঙৈ ঐনা মাগা অমুক্তং অসুম্না উনবা ফংগদৌবা? তোনলিদকো হে নুপী? ঙাংবীনা চীংখোঙ অদুদা ফমদুনা মীয়াম্না চীং কারিবা অদোমদা য়েংদুনা মীত্তা পীরাং শিন্থনা কপ্লি। চৈরাও চীং কাবা লাকপনি অদুবু ঙাংবীদি চৈরাওবগী এঙ্গাং মথেল অহাওবা ময়াম অদু য়েংলমদে মমানা খোংলিবা ঙা অদো শেমদি শেম্নম্মী হায়ববু কয়া হরাওবা উদনা, ফজরবা মাইথোংদুনা হৈনীং-শিংনীংদবা মতৌগুম, তূমীন-তূমীন লৈবা অদু মমানা উরম্মী। চীং কাবা লাকখিবা ঙাংবী চীংকাবা চৎনীংখিদে অদুবু মমান্নবীনা কন্না হায়জবদগী চৎনীংদ-চৎনীংদ লাকখিবনি। চৎনীংদ লাকখিবী ঙাংবী অমুকসু লাকমীন্নখিবা

মমান্নবী অদুনসু মাগী নুংশিবা নিপা লাক্লবদা চীংখোঙদা মথক্তা থনম্লগা চৎখিবা অসুম্না ঙাংবী হায়ফম খঙদনা পূক্লিং নুংশিরকখি। অসুক নুংশিনা লৈরিঙৈ ঙাংবীনা ফল্লিবা মনাক্তা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বী অদুদা চেক্লা পী-থাদোইনা খোংলকই। পি-থাদোই, পি-থাদোই, পি-থাদোই...পি....পি....পি...পিপিপি।

শারবা নুংশা, শজিবুগী নুংশা অদুবু খন্দুনা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বী অদুবু মুন্না য়েংখৎতুনা কপ্লকই। হা-চেক্লা, নঙসু ঐগুম্না নাইতোম তারব্রা? নৎত্রগা নতারোই কনা কায়নবগী অদুক থম্মোয় শোক্লা তেংথারিবা। হৌরিবা হৈনৌ পাম্বী অদুবু ঙাংবীগী মতৌ উবদা মরোল থোকপা পাম্বী অমগুম তূমীন, চেক-মোক লাউদনা লৈখ্রে। অসুম্না ঙাংবী মফম অদুদা চৎনরিবা মীয়াম অদো উরুবা লৈতনা নুংশি মাগী ৱাখলদা তাউদুনা কপ্লিঙৈ ঙাওশন্নরবা নিশানা লাইজুরবা নিপা অনি গারি য়ামহা অমা তোংদুনা লাক্লগা ঙাংবীবু হেক উবদা, মসিদা মথক্তা ফল্লিবা নুপী মচা অসি ফজদরা? নিপা অমনা হায়রকই, তান চারে ভাই, ঙসিদি ইবানি অসিদা ওইনা ....। গাড়ি দক খাম্মী। তুংদা তোংলিবা নিপা অদু শৎ কূমথৈ। মাবু কৌখিবগুম পরপ পরপ চঙশিল্লি। নিপা অমনা করেম্নরকই, ঐখোয়বু ঙাইবীবা কয়াম কুইরবগে? ঙাংবীনা য়েংলুবা তারুবা লৈতনা তূমীন্না লৈ। নিপা অমনা অমুক করেম্নরকই, কুইনা ঙাইহল্লি হায়দুনা শাউবদো হেন্না ফজে। নিপা অমনা সে, শাউরনু, হৌগৎলকউ, নঙগী নিঙবা থুংহল্লগে চৎসি উরক-ইরক মরকসিদা। কনামত্তা উররোই । ৱা হায়বদা পন্দবা অকিবা লৈতবা হায়বসে নিশা চাবনা খরা খিৎ হেল্লি। ৱা অদু তাবদা ঙশাই মখৈ খুম্লদবী ঙাংবী শাউবনা মশা পুম্বা থক-থক নিক্লকখি। অশাউবা ৱাহৈনা নখোয় কৈদৌবা লাক্লিবনো মফমসিদা নশকশিংদু য়েংনীংদে। নিপা অমনা হাইফেৎ নোক্লগা করেম্নরকই, তবারবা চীনবান অসিদগী থোরকপা খোয়থুম্নরবা য়াৱা অসি তাবদা অরাম খৌরাংবা হেনগৎলক্লে থম্মোয় অসি। ঙাংবীনা - ঐবু ইথক্তা লৈ হায়দুনা উশিংত্রিবরা? চৎলিবা মীয়াম অসি তাননবা লাউদ্রিঙৈ থুনা চৎখো, নখোয় নিপা হায়বা জাৎসিনা ঐখোয়বু করিসু লৈতনা খল্লিবা করিগীনো? নুপী ঐখোয়সু মীনি। নিপা অমনা ভাই, কান্নরোই ঙাইহাক মী চিল্লিঙৈদা ফারগা অসিগী লোক মচা অসিদা পুরগা লোইরে, কনাসু

উরোই, পাখং-লৈশাবীনি খঞ্জনি ভাই। মখোয় অনিনা ঙাঙনবা অদু তাবদা ঙাংবী খোঙলৈ থুনা মীয়াম লৈবা অদোমদা পরপ পরপ চৎলম্মী। নিপা অদুনা ফারগা পুননবা, নুপী অদুগী মাঙদা থৎলম্মী। নিপা অমনা ফিদা হেক পায়বা হৌবগা নুপী অদুনা লাউরম্মী - নিপা অমনা য়াম্না থুনা চীন মেন্ননবা হোৎনরম্মী মশানা য়াদবা নুপী অমবু, নিপা অ[illegible] ফাবা হায়বসে অরায়বা থবক নত্তে। নুপী মচা অদুগী অরোইবা পাঙ্গল পুথোক্তুনা নিপা অনি অদুবু কনথৎলম্মী। তাঞ্জা অদুমক্তা ঈশ্বরনা ঙাইদুনা লৈরম্বগুম নিপা অমনা মশাবী অমগীদমক শিবা কিদনা থৌনা লৈনা, ফৎত্রবা নিপা অনি অদুবু ফৃদৎলম্লগা নুপী মচা অদুবু কল্লম্মী। নিপা অনি অদু য়াম্না থুনা গারি থৌদুনা চৎখিরম্মী। নুপী মচা অদুবু কনখিবা নিপা অদু কনাসু নত্তে, ঙাংবীবু য়াম্না নুংশিজবা মতম পূম্নমক্তা ঙাংবীবু ঙাক শেল্লিবা কুনজরনি অদুবু নোংমতসু ঙাংবীগী মফমদা ফোংদোকখিদরি। ফোংদোক্কে খনবা তাঞ্জা কয়া লাকখরে অদুবু কুনজর হায়ঙম তৌঙমদবা নীংঙমজদবা মীনি। অদুগী মথক্তা ঙাংবী নোংতম্বা মরী লৈনখিবা মীৎকুপ অদুদগী ঙাংবীবু নুংশিবা হেনখি, ঙাংবীগীদমক কখোক্কে খনখি। চীনবাহোক্না নুংশি হায়ররোই ফোংদোক্লরোই খনখিবা কুনজর নুংশিববু থম্মোয়দা চেৎনা থম্লগা ঈশ্বরদা তৎতনা নিজবা হায়জবা নৎতনা কুনজরগী লাৎচরিবা ঙাংবীগী নুংশি শক্তমনি। ঙসিসু ঙাংবীনা অৱাফমদা তারগদৌ মীৎকুপ্তা কুনজরনা কনখি। ঙাংবীনা - তা কুনজর, লাক্লমদ্রগদি নুপী ওইবীগী ঈজ্জৎ মাঙলমগনি।

কুনজর - করিগীনো নাইতোম তারম্লিবা ।

ঙাংবী - রেবিকাগা লাকমীন্নবনি।

কুনজর - সুনোলতা মফমসিদা কুইনা লৈনু

হায়রম্লগা চৎখিরম্মী, সুনোলতাসু মতুং ইন্দুনা চৎনীংলম্বনি অদুবু হায়বা ঙমহৌদনা লৈহৌই।

# মপনশুবা শরুক

লাংবল থাগী তরানি পানবা ইরাই নুমীৎনি। নিংথীনা শংলবা লবুক্কী ফৌনা মপূং ফারবা ফৌনা মালংবগী তাম্বাদা থেক্না নৌনা নিংথীরবী নুজানা থেক্না জগোই শাবগুম ফৌনানা জগোই শারি। লাংবনগী নুংশা লৌচি লেপঙমদে হায়নরিবা থানি। লৌপুনা, লৌচিদা লেপ্পুনা মোমোন নোক্লি। নুমীৎনা নোংচুপ *চীংগী চীংদোম্দা তোংদুনা চোংথগদৌবগী শেম* শাদুনা লৈরবা মতমদা, নুংশি ৱাখলদা ঙাওদুনা লৈরিবী নুপী মচা ঙাংবীগী মতৌ, সনা অহিংবা মতৌগুম নিংথীনা ফজরবা নুমীৎপু মীৎকুপ্তুনা য়েংজে। মতাং অদু উবদা নুমীৎমকসু ঙাংবীবু য়েংলম্লগা খঙহৌদা চোংথখরে। উনা উনা খুম্বা ঙমহৌদ্রবা মশাবী অমগুম হিক হিক কপ্লি। ‘লিরি হুম্লিবা মালংবদা হায়জৈ নুংশি মাইগৈ তম্না হুম্লিবা মাল্‌ংবা ঐবুসু পুবীয়ু নুংশিনাক্তা কৈদৌবগে? নুমীৎ লৈরিঙৈ মতমদা ঙাল্লম্বনি, নুমীৎনা ময়ূম চঙখিবদা খঙহৌদনা মমখ্রে তাইবংসে, ময়েক শেংনা উরম্বা চীংয়া-তমযা উখিদরে। ময়েক শেংফাৎত্রবা মমিং নত্তুনা, উবা ফংদরে। অসিরা নুংশিবা, হাযনবা লৈ নিপা হায়বসিতবু ইনাক্তা লৈরিমখৈ ঐগীনি হায়নৈ। ইনাক্তগী হেক চৎথোকখ্রগা মীগীনি হায়। অসুম্না ঙাংবীসু মপূক্লিংদা মওন-মওন খন্দুনা থম্মোয়দা অৱাবা অমা ওইরকখি। মপূং-মরৈ ফারকপা চূং-ফিরান চানা নিংথীবী নিঙোল অমবু অউবা কনানা কল্লক্তবা লৈতে। ইকায় খঙদবা কল্লকবতা ওইবা নুংশিবা য়াওদবা কনা অমনা তত্তনা ঙংলি। লৈকাইগী মনে, মচে, কয়াদা। অসিতা ঐগী ওইহনবীযু চাক কৌজগে হায়রকপা কয়া অমনি। অসিগুম্বা ৱাহৈ কয়া অসি তরা-তরা হেল্লি ঙাংবীগী ৱাখলদা মশানৌ পাখং অদুতবু নুংশিবা। অসুম্না ঙাংবী মখা থংবা মাঙ্গোল দারিদা ফমদুনা মহৌশা মখোয় অনিনা চৎমীন্নখিবা মফম কয়া মথং-মথং নীংশিংলি। মন্নি-মন্নি উরিবা মমাঙ চীংগী চীংদোম্দা লাম্মৈনা চাকপা উরকখি অদুঙৈ ঙাংবীগা নোংদম্বগা চৎমীন্নখিবা ঈশিং থিংবী চীংদোম্দা চাক্লিবা লাম্মৈ অদু উবদা ঙাংবীগী থম্মোয়দা হাযফম খঙদবা অৱাবা হেনবতা নৎতনা হীক্না হীক্না কপ্লকই। মফম অসিবু হেক উখিবা মীওই খূদিংমক ফাওবা কাউবা ঙমদ্রবা মফমনি।

চীং অসি ইম্ফালদগী নোংপোক চীঙ্খে ওইনা লৈ। ৱাংজিং হৈরোক্কীদি নোং[illegible]ক্তগী খরা চৎলগা ইঙাংলোক লৈরে, ইঙাংলোক য়ৌদ্রিঙৈদা লোক মচা অমা লৈ মসিদগী খরা চঙশিল্লগা শাজিংখোং হায়না খঙনৈ অসুম্না ইঙাং লোক্কী ৱারীসু মমাংঙৈগী অহলশিংনা হায়বীরম্মী। ইঙাং লোক হায়খিবগী ৱারী লৈ। অদুঙৈ অৱানা মৈতৈদা তত্তনা লান্দারকখি, চহী তরেৎ খুন্তাক্ত্রিঙৈগী মতমদা অৱানা শামু তোংদুনা লান্দাবা লাকখি। মতম অদুদা মৈতৈ লান্মীশিংনা মফম অদুদা চেল্লিবা তুরেল, ৱাংজিং তুরেন অসি থিংদুনা ঈশিং মৌখৎহন্দুনা অৱাগী লান্মী লানশিনবা ঙমদনবা হোৎনৈ। অৱাগা কন্না তত্তনা লাল থেংনবা মফমনিসু হায়রি, মতমদুগী ৱারীদি অরিবা লাইরিক্তা থেংনবীরনি। ইঙাংলোক্তগী খরা চৎলগা চীংলম্বী মচা অমদা কাখৎলগা লৈবা ঈশিং থিংবীনি। মফম অসি হায়নিংঙাই লৈতনা ফজে। খূৎ-হৈবা কনানা শেম্লম্বগুম কয়াদা নিংথীরিবা, উমংগী লৈকোলনো? উয়ুং, শহি পাম্বী, উনা পরেং পরেং, হৈগী জাৎসু পুংদোল, নোবাপ, হৈনৌ, কফোইনচিংবা পরেং পরেং উবদা পূক্নিং হূবা মশক্নি। কনা-কনাগুম্বনা মফম অসিদা কোয়বা লাক্তুনা লম য়েংলম্বগী, চাক থোংদুনা চাখিবগী চাক থোংফম মফমসু পরেং পরেং লৈ। চীং অনিগী লোক্তগী চেঙ্গরকপা ঈশিং অদু চীং অমনা ফৈনা থত্তুনা লৈরিবা অসিবু ঈশিং থিংবী হায়না খঙনৈ। ঈশিং থিংবী হায়বমক য়াই, লাই অমগী শক্তি শোয়দনা লৈগনি। পুখ্রী অচৌবা অমগুম লৈরিবা অসিবু নোংজু কয়াদসু পাথোক্তে, নোং চুদবা ঈকং কয়াদসু ময়েং তাদে। লৈরিবা চাং অমদা অদুম লৈবা ঈশিংনি। থেংনরুবা মীওইবা কয়ানা হায়, মফম অসিদা ঙানু অঙৌবা অমা চাক্তাদুনা লৈবা থেংনৈ হায়নৈ। থৌওইনা ফাগে তৌরুরবসু মফম খঙদনা হেক্তা মাঙখি হায়নৈ। লাইগী শক্তি লৈরবা মফম অসি অউবা কয়াদি খঙলমগনি।

উয়ুংগী উফৈ ফৈরাদা তোংদুনা শাৎলি খোঙ্গুমেলৈ কদাম্বদি লৈ, য়েরুমলৈ উরৈ ফৈরাদুদা কয়াদা নিংথীনা শাৎলিবা চরোং-চরোং য়াঙ্গরিবা লৈ অদুবু হেক্লীংদবা কনাবু লৈবগে? মফম অদুদা লৈরিবা উচেক মখল কয়া। চীংনুংগী হারৌ তম্নাগী মখোলনা নুংশিবা ঈশৈগী ম্যুজিক্কুম কয়াদা পূক্নিং শোক্লিবা। মাগী-মাগী নুংশিবা,

নুংশিবী কয়া পুরক্তুনা নুংশি ৱারি শাক্লনি লাক্লগা মফম অদুগী ফজবা অদুতন্ত্র য়েংদুনা লৈরিঙৈদা নুংশিবা নুংশিবী কয়া কাউথোক্তুনা অরেম্বদা মতম মাঙহন্দুনা হন্নখিবা কযানি। হায়রিবা মফম অসিদা নোংতম্বগা সুনোলতাগসু নোংমা লাকমীন্নখি। নুমীৎ অসিগী থৌদোক মথং-মথং নীংশিংদুনা কপ্লকাখ। ঙাংবীনা নুমীৎ অদুদা নুংশিবা মানা ঐগী হকচাং অসিদা তম্না পায়রকখিবদা ইকাই নুংশি য়ান্ননা ঐনা তত্তনা চৈখি। মঙোন্দা মতৌ ইমান-মান্দ্রবা মানা ঐগী থম্মোয়বু লাইনা খুদুম চনশিনখি। চৈথাইদুনা লৈরিবা ঐগী চরোই ফি অদু খোমজীনবীদুনা মাগী তম্পাকথক্তা ঐনা কয়াতা নিংঙাইদনা লৈথোকখিবা। অসুম্না নুংশি ৱাখলদা লৈরিঙৈ,

মনাওনুপী - ইচে তুম্লসি থেংলে।

মচে - করি হায়বা ইনাও,

মনাওনুপী (মচেগী মওং অদুবু খঙলদুনা) - ইচে ঐদি নুংশিনবা হেক লৈবগা হেক্তা চেহ্নোকখিনি।

মচে - চেনসি হায়রক্রবদি?

মনাও - নিপাবু অমত্তরো, চেনসি হায়বা নিপাদা

মচে - নুংশিদুনা হায়বা ওইরমদ্রবদি?

মনাও - ইচেগী ৱাসিদি ঐসু খঙদ্রে। অদু ইচে থেংলে তুম্লরসি, ইমানা চৈরক্লনি।

অসুম্না হায়রম্লগা তূম্ফম কাদা চঙদুনা তূম্নবা শেম-শারি। মচেসু ইমুং চঙলক্তুনা থোঙ লোনশিন্দুনা তূম্ফম কাদা চঙখিরম্মী। অসুম্না মনাওনুপীসু তূম্ফম কাদা চঙখি। ঙাংবী ফমুং ময়াযদা ফমদুনা নুংশি মৈচাক খাঙলিঙৈ, হাঙদুনা লৈরিবা থোঙনাও অদুদা থাবল মঙাল চঙলক্লিবা অদু তপ্পা য়েংথোকখি। ৱাখন্না পুরকখি মহাক্কী শক্তম, কোকচাওবী স্বাই কায়, নুংঙাইবা ৱাখলগা। অসুম্না তূম্বা চাবা খঙদ্রবা ঙাংবী তপ্পা হৌগৎতুনা য়েংলুই থোঙনাওদা মকোক থিন্দোক্তুনা, থাবলগী মঙালদা হৈনৌ পাম্বী মরুমদা লেপ্লিবোই খন্দুনা অমুক্কা স্বাই লাউই। ওইথোক্লোইদবা ৱাখলদা

মংলান ‹ফযা শাগৎলি। অরেম্বদা হকচাং শোন্থহন্দুনা ৱাবা লেপ্তে মাগী ৱাখলদা ঙাংবী।

নুংশিবা হায়বা অসিবু তশেংনমক নুংশিরুরবদি ঙাওদবা লৈতে। থম্মোয় কখোক্লুবা কনাদি নুংশিবা অদু উরক্রুবা মতমদা লৈফম চাফম খঙদবা হায়বসে মশানা তাবনি। নুংশিব। অমনা নুংশিবা অমগীদমক কদায়ফাওবা কখোকপা ঙম্বগে হায়বসি - শিবা ফাওবা ঙম্মী। চান্ন-নুংশিননা লৈমীন্নরম্রবা মচা, মশু য়াওনরফাওবা নুংশিনরক্রুদুনা মোৎ চানরক্রুদুনা কায়নখিবা কয়াসু লৈতবা নত্তে। কনানা তম্বা ঙমগনি মীওইবগী মতমগী খোঙচৎ। অসুম্না সেকেণ্ড দগী মীনিটতগী পুংদগী নোংমা অসুম্না হৌখিবনা অহিং অদো নোংঙানখিবা খঙহৌদে, মশাবী নোংতম্বনা পীরম্বা [illegible] থাংঙি।

-- oo --

## তরাশুবা শরুক

মেরা থাগী পুর্নিমাসি নুমীৎ অসিবু মেরাগী ৱায়ুংবা হায়না খঙনৈ। মেরা হৌ চোংবা হায়নসু নুমীৎ অসিদা চীং-তম অনিনা মৈহৌরোলদগী চৎনবী অসি ঙসিফাওবা কায়দনা চত্থরি। নুমীৎ অসিগী অয়ুক্তা পুন্সিবনা কুনজরগী য়ূমদা লাকই। কুনজর মাগী কাদা ঙাংবীগী শক্তম য়েক্কুনা লৈরিঙৈ তাঞ্জা অসিদা পুন্সিবা পরপ পরপ চঙশিল্লকখি কুনজর লৈত্র হায়না। কুনজরনা কনা অমত্তা খঙহন্দনা থম্মোয়দা চেৎনা থমজরিবা নুংশিরবী ঙাংবীগী শক্তম অদো পুন্সিবা উহন্নীংদবনি অদুবু লোৎশিনবা নংহৌদ্রে। কুনজরনা লাকই হায়বকা খঙদে ৱানি।

পুন্সিবা - ঙাইখোহৈ, অতৈ লাইরি নঙনা য়েক্লিবসে কনাগী শক্তমনো?

কুনজর - কনা মাল্লি ?

পুন্সিবা - নঙদি লাই যেকপা মীসু নত্তে।

কুনজর - ফজদ্রবরো?

পুন্সিবা - নঙনা য়েক্লিবসে ঙাংবী নৎত্রনে?

কুনজর - (ইকাইরপ তৌনা) নঙসু হেক্তা হায়মল্লেদা।

পুন্সিবা - ফজরবা চীনবাল মথাগী শম্ভু অসিদি হায়নীংঙাই লৈতনা ফজে। য়েংবদা অমত্তা বাত্তবী ঙাংবীনি। লৈকাইগী অহলশিংনা ঙাংবীনা অঙাং ওইরিঙৈদা ফজবা অদু উবদা থম্বালগী মচানুপী অসিদি থম্বালনা অঙাং ওইরিঙৈগী অঙাংবীনি হায়দুনা ঙাংবী-ঙাংবী কৌনবগী বানি। মাগী অশেংবা মীংদি সুনোলতা কৌবনি।

কুনজর - খঙহন্নীংদদুনা করিনো পুন্সিবা নঙনা থিরিদুবু? অদু পায়রুনু চিঠিনি মীগী।

পুন্সিবা - মীগী চিঠিদি ঐনা য়েংবা য়াইনা

চিঠি অদু পাগে তৌবদা কুনজরনা মুনখি

পুন্সিবা - কুনজর, নঙনা সুনোলতাবু কয়াগী মতীক নুংশিবগে হায়বদো ঐ ঙসিদি চপ চানা খঙলে। ঙাংবীগী মফমদা নঙনা মরোল থোক্রবসু থম্মোয়দা হায়ফম খঙদনা পাউখোং, ঙাংবীদা চনখিবদো?

কুনজর - (নুংশিনা মরুপতা হায়রকই) - ঐনা মাবু নুংশি হায়বসে নহাক মাগী মফমদা খঙহনবীগনু ঐনা মাবু নুংশিবদি করি হায়না হায়রসিগে?

পুন্সিবা - অসুক কুইরবা মতমসে থম্মোয় অদুদা খাঙদুনা লৈরিবা মরুপ নঙসে তশেংনা ঙমদি ঙম্মী। মাগী মফমদা মরুপনা নুংশি হায়বসি য়াম্না কিনা খল্লুরমানে। নিপা ঐখোয়না লৈশাবী অমদা নুংশি হায়বসে মসিদগী হেন্না মমল অমা লৈত্রবনি। লৈশাবী অমগী মপুন্সিদা নিপা অমত্তনা নুংশি হায়রক্রবদি নুপী অদো মরায়বক অদুদগী হেন্না থীবা লৈত্রবনি।

কুনজর - অদুবুদি চুম্মী। অদুবু মাগী মফমদা অয়েৎপা ওইরনি খন্দুনা থম্মোয়নুংদা মাবু নুংশি শোঞ্জবা নত্তনা করিদি লৈরি ঐগী উপায়। মরুপ নোংতম্বনা মরী লৈনরমদ্রবা খরসু ফদৌনি অদুবু হৌজিক্তি উপায় অমা লৈত্রে। ইচিনসিনা হায়বা ঙম্নি হায়বসু ঐ থাজদ্রে। মা নত্তনা ঐগী নুংশিবসু লৈররোই।

পুন্সিবা - কুনজর ! হৌজিক মতম য়াম্না লৈরি লৈশাবা অমনা ময়ূম হেক পান্দ্রিবখৈ মপু লৈতে। নঙসু মপু ওইবা য়াই।

কুনজর - হৌজিক্তি হায়ররোই খল্লে। ইমা-বাবানদি ঐবু য়ুম পালহন্নিংঙি, মখোয়সু অহল ওইশন্নরক্লবনিনা অদুবু পুন্সিবা ঐ য়ূম পাল্লরোই।

পুন্সিবা - করিগুম্বা ঙাংবীনা নুংশি হায়রক্লবদি ?

কুনজর - মতম অদুদা ঐগী থম্মোয়দা শক্লিবা ঈশৈ অসে মাগী মফমদা তাহনগনি। ঐনা মাবু নুংশিবদি করি হায়না হায়রসিগে?

পুন্সিবা - নোংমসু রেবিকানা হায়খি, দা-কুনজরনা ঙাংবীবু নুংশিবসে করিদা হায়রুনি। অদুবু কনামদা হায়গে খনদে। মীনা হানখিবনা মরম ওইদুনা নুংশিবা হায়বসে মশা তাদনা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংশিবসু লৈতবা নত্তে। তিন্নরিবা মরুপ অনিনা লৈ[illegible]বী অমবু হেক উরুবা মীকুপ্তা নুংশিরুরে চপ মান্ননা অদুবু নি[illegible]া অমদি হায়ঙম-তৌঙম্বা নিপানি নীংবগা চীলগা হেক্তা মান্নবা।

অসুম্না নোংমা নোংতম্বগা কুনজরগা চৎমীন্নবা নুমীৎ অসিদা থেংনখিবনি। হায়রিবা ঙাংবী হায়না খঙনবি নুপীমচা অসিবু নুমীৎ অদুদা নীংঙমদনা লৈহৌবা কুনজর লাইরবা ইমুংগী মচানি। শূবা-নোম্বা তন্দবা নিপানি। নিশা চাদে, য়ু থক্তে, লাইরিক-লাইশু মতিক চান্না অদুম ফৈ। মশক ফজৈ নিপা অমা ওইবদা মতিক অদুম চাই। ঙসিগী তাইবংসিদা চৎনরিবদি ইনাক-খুনবা, পৈশা পায়বা অসিবুদং ফৈ, ইনাক খুল্লি, পৈশা পাই, ইচা ইমৌ ওইবা য়াই হায়বা মীৎয়েং অসোমদা লোইনা চৎনৈ। পৈশাবু পায়রবা হৈবু শিংলবা মরম ওকপা মীনি হেক্তা হায়, লাইবু লাইররবা কয়া হৈশিংলবসু মরম কয়া ওক্লবসু শু নীংদবা অপংবা মীনি হেক্তা হায়বি।

পুন্সিবা - কুনজর, অদুক থম্মোয়দা ৱানা খাঙদৌ শরুক ঙসিমক চত্তুনা কুনজরনা নঙবু থম্মোয় শেংনা নুংশি হায়গনি।

কুনজর - হায়রুনু অমুক, য়েৎনীংদ্রে মীগী মকাদা মরূপকী মফমদা য়েক্লবা ওইরনি।

পুন্সিবা - কান্নদে মরূপ, অদুক পাংদবা হৌনদে? নঙগী নুংশিবা অদো ফোংদোক্লুরগা তাথি-তাথি চৈরক্তুনা, নঙোন্দা ইকাইবা পীরকখিবসু নত্তে।

করিগুম্বদা মাসু নঙবু নুংশিদুনা লৈরম্লবদি অমসুং নুংশিবা, অপাম্বা অসি নুপীশিংগীদি ফোংদোকচবা ঙমজদে। মহৌশানা ইকাই থিবী ওইবনা, নঙগীদমক মৈচাক অসে খঙদুনা লৈরম্লবদি কমদৌবা?

কুনজর - মদুদি ঐগী লাইবক ফবনি। অদুবু নিংথীনা ফজরবী রাশিনা য়োম্লম্বী মাগী মায়থোংদা মুরবা শম্লাংনা চোইজাইননা তাহল্লি। শাংতক তৌবা ঙকশম অদুদা চম্লবা লিক মরীনা লৈতেংলিবা য়েংবদা মীৎফম হোংনীংদ্রিবা মহাক অদুগী মনাক্তা মীৎকুপ অমতং লেপচবা ফংলবদি কয়াদা ঐগী লাইবক ফরগবা? হীক হীক কপ্লকই। মতৌ অদু উবদা পুন্সিবনা

- নিপানবু অদুক পেৎপা হৌনদে, কপকনু সে, মরুপ ঐ লৈরিসিনি। অসুক কুইরবা মতমসে করিগী ঐঙোন্দা হায়দোকত্রিবনো?

কুনজর - মরোল থোক্তবনা, ঈশৈ শকপগুম ইদোম থম্মে.য়নুংদা কনা তাদ শক্লগে...।

-- ০০ --

# তরামাথোইশুবা শরুক

কালেন থানি, অয়ুক অঙনবা নুমীৎতা ঙাংবীদোন্না য়ুমগী কোন-লিক ফেঙদুনা, ৱাই-রম শিং-শেংবা লোইদুনা মাঙ্গোলগী কাদা থল্লিবা ফি কোন্দা ফমদুনা ফি শারি। মমানা ইঙ্খোলদা য়োৎপাক পায়দুনা লৈবাক তৌরি। মচানুপী অতোম্বীনা লাইরিক পাদুনা লৈরিঙৈ, খুল অদুগী ইনাক খুনবা নোংয়াই উশিৎ-থৌওইদনা য়ুম অদুদা লাক্লগা সুমাং মচিদা লেপ্লগা অসুম্না হায়। ইবেম্মা, নমা কদায় চথোকখি। ঙাংবীদোন, নোংতম্বগী মপানা লাক্লগা মমা হংলগা অশাওবা উৎপা অদো থম্মোয়নুংদা লাংতক্লনা ইমুংদগী মোরা পুথোক্তুনা,

- পাবুং মোরাসিদা ফম্বীয়ু। (ৱা হায়বা লোইফাত্তনা শাউরংননা)

- ইবেম্মা নখোয় মোরাসিদা ফম্বা লাকপা নত্তে। ব্রা অমা হায়নসি নমা কৌরকও।

ঙাংবীদোন্না মনীংদা থবক শূরিবা মমাবু কৌই, ইমা - ইমা! মমাদি ঙশাইনা উখ্রবনি মীফম্ত নিপা অসিনা করিগীনো ঐখোয়দা লাক্লিবা অসিনা? মচানুপীনা মমাগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা ইমা পাবুং নোংয়াই লাকই।

মমা - করি হায়রিনো?

মচানুপী - খঙদে অমুক্তা লাকউ।

ঙাংবীদোনদি থম্মোয়দা চিংনবা অমদি লাংতক্লবনা থম্মোয় অদো চেনখিবগুম লৈরি। মরমদি নোংয়াইগী মচা, নোংতম্বনা মরী লৈনবা মরম্না

থম্বাল - দা, করি থবক্নী?

নোংয়াই থম্বাল ঙাংবী হেক উবদা অপাম্বা মীনোক নে.ক্লুনা

হা... হা.... হা.... করিসু নত্তেদা, চৈরুগে খন্না লাকপনি।

থম্বাল ঙাংবীবু হেক উবদা ব্রাখল অসি নহাগী ব্রাখল হেক্তা লাকই।

ব্রা মরক থৎনা থম্বালঙাংবীনা

- দা, ব্রা অদুগী ওইরগদি ঐ থবক শূজরুখিগে, দা - লেঙবীবনা ফরনি লেঙবিরো।

- অসি হায়রম্লগা থম্বাল ঙাংবী চৎখিগে তৌই । নোংয়াই থৌ ইশা শাদনা, শাউবীগনু থম্বাল ঙাংবী, নচা নুপীনা ঐগী ইচা নোংতম্বগা মরী লৈনৈ হায়। ঐদি খঙদদুনা অতোপ্পা নুপী হায়ন-শিংনরুরে। মরম অদুনা ঐগী ইচা নোংতম্বগী ব্রাখল থাদোকউ হায়গে খন্না লাকপনি। অদুবু ইবেম্মা, নঙগী নচাগী শকসিদি ইহ্নোক্লা ফজখ্রেদা? মীনদি অদুম ঙাঙনবা। থম্বাল ঙাংবীগী মচা ঙাংবীদোন য়াম্না ফজৈ হায়নবা অদো ঐদি থৌওইনা উদবনি অসুম্না ফজরমগনি হায়বসে থাদি অদুম থাজবা? ইচা নুপাদা মণিপুরদা থোরকও লুহোংনবগীদমক কৈশাম্পাৎতগী নুপী অমা হায়নদুনা লৈরে নঙগী পরিক্ষা লোইরবদি থোরকও হায়না হায়রুবদা ইচা নুপাদুনা অসুম্না হায়রকই।

-ঐগী পুন্সিদা নুপী অনাত্তগী লুহোংবা পামদে করিগুম্বদা লুহোংবা তারগসু ইনে, থম্বালঙাংবীগী মচা সুনোলতাগা ওইনা হায়নবিরবদি নচা পুন্নমক য়াজগনি হায়না হায়রকপা অদুদা ঐগী অনীংবা অপাম্বদা য়েৎলিবা মখোয় মমা মচাদো *চৈরুগে খন্না লাকপনি* অদুবু হৌজিক্তি নচা নুপীসে ইমৌ ওইদবা য়াদে। ঙাই-শেল হায়দো ওইরবদি চঙথোক-চঙশিন হায়দো তৌরনি। চঙথোক-চঙশিন তৌরবনিনা থম্বাল ঙাংবীগা ফম্মীন্নদুনা ৱারী-ৱাতাইনচিংবা কয়া ফংলগদবনিনা নহাগী ৱাখলসু অদুম লাকচবা পোৎনি।

থম্বাল ঙাংবী - দাদা, মতুংদা খন্নরসি ঙসিগীদি চৎপীখ্রো? অসি হায়রম্লগা শাউরংননা য়ুমগী মনীংলোমদা চৎখিরম্মী। অদুঙৈ ঙাংবীনা বদনাম চাখিবদো হায়রিবা নোংয়াই, নোংতম্বগী মপা অসিননি। ঙসিফাওবা নীংশিংলুবদা থম্মোয়দা তাসোন্না থিল্লি। ইমুংগী কাদা তূমীন্না তাদুনা লৈরিবা ঙাংবীনা শাউনিংবনে, ইকাইবনে, লাংতক্লবা ৱাখলনা - চৎখ্রগে হায়দে, ৱারেম শূদুনা লৈরে হায়দুনা মথন্তা শোঙ্জে।

নোংয়াই - কদায়নোনে নুপী মচাদুবো? নমা নচাগী শক-কুচুসিদি মীপুম খূদিংমক্লা ঙাওনরে-হে। ইপা-ইচাদি নখোয় নমা নচাদা ঙাওরে, চৎলে-চৎলে - অসি হায়রম্লগা মশা ফন্দুনা চৎখিরম্মী।

সুনোলতা মথন্তা শোঙ্জে - অসিগী মচানিকো ঐনা নুংশিরুরিবসে ইহোকপনিদা ঐগী লাইবক! নিপা অদু চৎখিবা উবদগী ইমুংলোমদা প্রপ-প্রপ চঙশিল্লরুকপদা,

মমা - ইবেম্মা, সুনো নঙবু কদাইদা লৈগে?

সুনো - ইমা, ঐ সিদা লৈএ।

মমা - শাউনা, নত্তে নঙনা নহান্দগী তুম্বা চাবা খঙদবা মখৈ হকচাং ময়েং তাবা মখৈ খল্লিবা ৱাখলদি মীফত্তসিগী মচাদা ওইরে। ইমাদি, অসি নুপাসিগী মচাদা ওইরদি ওহোক্লা পানখিদ্রেদা?

থম্বাল ঙাংবীগী মচা ঙাংবীদোন (সুনোলতা) সু অহোংবা অমা হেক লাকই। নপাগী মতৌ, য়াঙাং শাঙাং, অকি-তুজুংই, নীংশিংলকই অদুঙৈ নোংতম্না

নুংশিনা হায়খিবা ৱাহৈশিং অদু শাজিন্নবা লৌনন্বা ঙাক্তা ওইরন্ননি খল্লি।

- সুনো, ঐনা ষ্টদি তৌবা চৎলিবসে হয়েং ঐখোয় অনিগী য়াইফনবনি, চহী অহুম (৩) অসি লৈরগদি পূংলোই লোইরগনি।

- থবক খূদিংমক য়াইফবতা ওইরকউ, অনা-অয়েক য়াওদবা ৱাহৈ অসি নত্তনা করিসু হায়নীংঙাই লৈজদে।

- নুংশিবীনা থম্মোয় শেংনা আশিবর্বাদ পীনবীবা অসিনা ঐগী থবক খূদিংমক য়াইফবতা ওইরসনু।

- মফম অদু শকহেনবী য়াম্না লৈ হায়নৈ। মশক ফজবী কয়া উরগা ঐবুদি কাওগে খনবীগনুকো?

- সুনো, মফম অদুদা ঐগী মীৎসিদা নুপী অমত্তা উদে, অদুবু তোয়না উবা অমখক্তদি লৈ।

সুনোলতা থম্মোয়দা চিংনবা অমগা লোয়ননা হায়ঙমদনা খঙনিংবা ফাউরকখি। শকফম হঞ্জিন্না হংঙকই,

- কনানো অমা লৈরিববু?

- অতৈ কনাসু নত্তেনে, ঐগী মাঙদা লেপ্লিবী হায়নীংঙাই লৈতনা ফজবী নং নত্তনা কনানোনে ঐগীবু?

থম্মোয়দা চিংনবা কোক্কুনা নোকফেৎ তৌনা - নিপাগী থম্মোয়সে করম্বা মতমদনো থাজগদৌবসিবু? খঙদে নিপা হায়বা জাৎসে ইনাক্তগী হেক লাপথোকখিবদা ঐগী ওইদ্রে হায়নৈ?

- অদুগী ৱাদি, নুপীসু অদুগী মথেলনি হায়নরিবনি।

অসুম্না পাখং-লৈশাবীগী নুংশিববু থাজনদ্রদুনা ৱাহৈ কয়া ফোংদোক্লরি। নুংশি-নুংশি কায়নখিবা কয়ানা নীংবা কায়না লেনখিবা কয়া লৈখিদবা নত্তে। করিগুম্বা ৱাহৈ অমনা পুন্সি চূপ্পা কৌনখিদবা কয়াসু লৈতবা নত্তে।

- নুপী ঐখোয়সে নিপা নখোয়না ৰারি শানবদা হেক-হেক পংথৈ হায়নৈ, পংথদ্রিঙৈদা চৎথ্রগে - অসুম্না সুনোলতা হৌখিবা থৌদোক ঙাইহাক নীংশিংদুনা, তূমিন লেপ্তুনা করিগুম্বা পোৎশক অমদা য়েংবগুম লেপ্লি।

মমানা ঈংনা-তপ্না মোং হাদনা মচাদা চৈবসু ঙমদা- কন্না ঙাংসি ঙাংঙমদা, অদুবু ঙাংদবা য়াদ্রবা মতাং ওইরক্লবনিনা মমানা মচানুপী লৈশাবীদা ঙাংলি।

- ইবেম্মা, নুপী ঐখোয়গী খোংথাং য়াম্না লুবনি। খোংফম অমা শোয় দদা পুন্সি চুপ্পা লৈখা তানা মাঙবা, খোঙফম চুম্লগনা অফবা ওইবা, মীওইবা তাইবং মী হায়বসে ফরগদি কৈস্সু ঙাংনবীরোই। ফৎত্রগদি পারি, পুরি চীংখোকতুনা ঙাংনবী। ইমা ৰা য়াম্না ঙাংনীংদে। নখোয় লুখ্রাবী মচানি। মীনা নথক্তা ৰা ঙাংহনগনু, লুখ্রাবী মচা তাহনগনু, নখোয় অঙাং নৎত্রবনি। নখা তাবা ননাওসে নঙগী নতুং ইনদোইনি।

মমাগী ৰাদো মুন্না তাই, মীৎলু পীরাং ইহৌরকই, মচানুপীগী মীৎলুদগী তারকপা পীরাং অদো মমানা উরকই। মমাসু পূক্নিং নুংশিরক্তুনা মচাগী মনাক্তগী চখোকখি, মচানুপীসু মমাগী মতৌ অদু খঙঙকই। পরপ-পরপ মাগী কাদা চঙশিল্লি, ফমুংদা উপ্পগা হিপ্লি, হিক-হিক কপ্পী। ফমুং ময়া অদুদা থারিবা টেবল অদুদগী চে, কোলোম লৌদুনা করিগুম্বা খরা ইনবা শেম-শারি। সুনোলতাগী পুক্নিংদা নোংতম্বদগী লাপথোক্লগে খল্লে। অদুবু অসুম্না পূক্নিংদা মওং-মওং খল্লি, ঐবু চিঠি ইরগা পীখ্রসিরা? নত্রগা তূমীন্না লৈথোক্লসিরা? ফরে তূমীন্না লৈথোক্লগে, ঐ-মাগা অমুক উন্নররোই। হে নুংশিবা! নংসু থম্মোয়গী লৈকানুংদা লৈরো? চীনবাল য়ৌরক্কনু! অসুম্না নিঙোল কাদা সুনোলতা মমান্নবা অমগা ৰারী শান্নবগুম পুক্নিংগী ৰা চীনবাল থোরক্লিবা অদু মনাও নুপীনা স্কুল চৎলুবা হল্লক্তুনা মচেগী কাদা চঙশিনবদা মচেনা হীক-হীক কপ্লিবা উবদা, মনাওনুপীনা

- ইচে কৈদৌরে ?

মচে সুনো, মনাও নুপীনা হংলিবা অদো খুমদনা মপি অদো তৈথোকই। মনাও নুপীনা অমুক মখা তারকই।

- ইচে নঙবু কৈদৌরগে? নশা ঙমদ্রবরো?

- করিসু তৌদে? নঙ চাক চাথোক্লুরো।

- ইচেসু চারসি লাকও।

-- ০০ --

# তরানিথোইশুবা শরুক

পুন্সিবা নীংবা কায়না নুংশি মৈচাক খাঙলি। অসুম্না ওইরক্কনি খল্লুদবা রেবিকাগী থম্মোয় অদুবু হায়নীংঙাই লৈতনা থম্মোয়দা অকিবা ফাওরকখি। নীংশিংলুবা থৌদোক খূদিং থম্মোয়দা মওন-মওন খল্লি। হৌখিবদা রেবিকাগা লৈনখিবা মরীদা লৈখিবা থৌদোকশিং ৱারী কয়া অদুনা, পুন্সিবনা পুন্সিবু কিরকখি, লৈকাইদা নুংশিনবা লৈবা হায়বসে লৈকাইগী মীৱা-মৈশা অদুখক্তা নত্তে। অহলশিংগী মূরুবা, অহল-মশেল নুংশিনদবা হায়বসে মসিসু মচাশিংদা অৱাবা অমনি। অসুম্না পুন্সিবা অহিং অদো তূম্বা য়াদ্রদুনা থোঙ হাংদুনা মপান্দা থোরক্তুনা মৈচাক অসে খরতা ওইরবসু কোক্লনবা খন্দুনা তপ্পা তপ্পা থোরকই। উমং লাইগী লমহাং মচীদা হৌরিবা য়েন্নীং চোংদ্রবা মনা কোক্লবা উ পাম্বী অদুগী মখোংদা খুদৈ অদু নাপী মথক্তা শাংনা থাদুনা লোংনা তূম্নগা মচেৎ তারক্লবা থা তংখায় অদুবু মুন্না য়েংলগা অসুম্না মথক্তা শোঙ্জে। ঐদি নঙবু তশেংনা নুংশিবনি অদুবু ...? নঙদি ঐবু নুংশিবা ওইরমদ্রে। নুমীৎতুদা নঙনা ঐগীদমক লেপ্পীগদ্রা খন্না হায়রুবনি। ঐদি তশেংনা নুংশি, ঐ-মাবু থাদোকপা ঙম্রোই হায়না। নুমীৎতুদা নঙনা পূম্নমক নাথৈদুনা খুমখি, ঐদি য়াদবনি, মানা নমদুনা ঐগী কাসিদা চঙলকখিবনি। ঐ মাবু নুংশিববুদি নুংশি, লৈগে হায়বদি খনদে। য়াম্না লায়না খুমদোরকখিবা পাউখুমশিং ঐ অঙকপা ফাওখি। নঙ ঐ নুংশি মরী হেক থম্নক্তুনা উনবা খূদিং ঐগীদমক শিবা ঙম্নি, লৈকাইগী মীনোক চঙজসনু। নুংশিবদগী

মীনোক-মৈশানা হেন্দে হায়না। ঐসু থাজহনখিবনি মাগী মওং-মতৌ অদুদা, অদুবু ঙসিদি পুন্নমক মীনম্বা ওইরম্রে। তৌবগীদি রেবিকাসু য়াম্না লানবদি নত্তে, মুন্না ৱাখল খল্লগা মশাগী ফিরেপ লেপখিবনি। পুন্সিবগী অহল-লমনগা রেবিকাগী অহল-*লমনগা অসুক্কী মতিক য়ানদে*, অদুগীসু মথক্তা লৈকাই অমত্তদা লৈমীন্নবা ওইবা হয়েং তুং ফাওবা নুংশিনরোইদবা মওং অদো রেবিকানা খনখি। নুংশি, নুংশি ঐ মাবু থাদোকহৌবা তাবনি, মাসু য়াইফহৌসনু। ঐসু ইমা পাবুংনা পীরিবা নিপা অসিদা পুন্সি লৈপুন ওইখ্রগে খন্না লুহোংবগী ৱাফম হরাওনা য়াখিবনি। পুন্সিবসু রেবিকাগী মওং-মতৌ খঙদবদি নত্তে, ৱারৌবনা পীক খল্লবা থম্মোয় অদো খরমখৈ থাংথরগা অসুম্না খল্লি। ফরে ওইখ্রসনু মীগী।

ঐ মাবু ৱারৌররোই। ঐগী ইফমদা পারা অমদি তম্বীরম্রে, নুংশি-নুংশি কায়নবা ওইরবদি মতুংদা উনবদা কৌনবা ঙমগদৌবনি, কৈসু নত্তবা থৌদোক। ৱাহৈ শিংদুনা কায়নবা তাহনবদি হয়েং তুং ফাওবা কৌনবা ঙমদনা থৈদুনা চৎনরনি। নঙ-ঐ উনা উনা উদা শা, কৌজনীংবা কয়া হংজনীংবা কয়া, চীনবাল য়ৌদনা থম্মোয়দা অসুম লৈনরনি। অসিতা থোক্কবা নহাক্না শিনবনি। ঙমদি ঙম্মল্লি রেবিকা নঙগী থম্মোয়দো, ফরে হৌজিক্তি কৈদৌরুনি? লুহোংবা লোইরে, মঙানি চাক কৌবা হয়েংনি, ঐগী থোঙ্গাল শমদুনা হয়েংদি লাক্লনি অরৈবা ফিজেৎ লৈতেংগা লোয়ননা। সোমদনা ঐগী মাঙদা তৌগে হায়বগী মতাগুম অরৈবা ৱাজাউগা লোয়ননা ঐবু তান্নবা কন্না ঙাংনরি-শক্করি। মসিগী খল্লুরবদি কাইনবসিনা হেন্না ফবনি। ফরে থাসিসু তাখিগদৌ ঐসু চঙলগে। অসুম্না মীওইবা পুন্সি হৌখি, চৎখি। মতম মানা পুরকই, মতম মানা পুদুনা চৎখি। কায়নবা, থুংনবা, কপ্পা, নোকপা, অৱাবা, নুংঙাইবা। অৱাবা লৈবগী নুংঙাইবা লৈরিবনি, কাইনবা লৈরম্বগী থুংনবা লৈরিবনি কপ্পা লৈরম্বগী নোকপা লৈরিবনি। অচৌবা লৈবগী অপীকপা লৈরিবনি, অখিবা লৈরম্বগী ফজবা লৈরিবনি, ফত্তবা লৈরম্বগী অফবা লৈরিবনি। অমনা অমগী মতেং পাংনৈ হায়বসে মীওইবা ঐখোয়না কাউনরোইদবনি।

# তরাহুমদোইশুবা শরুক

অয়ুক্কী চাক থোংলমদাইদা রেবিকানা মপামদা লাকপদা সুনোলতাগা উননীংদুনা চঙলকখি। রেবিকানা পরপ-পরপ চঙশিন্দুনা মাঙ্গোল কাখৎনা কৌরকই।

থম্বাল লাতা, থম্বাল! (চাকশঙদগী)

সুনোলতা - কনানো রেবিকাগী মখোল মানখ্রেদা?

মনাও নুপী লাতানা এঞ্জাং শেম্লম্বদগী হৌগৎতুনা য়েংঙি।

- হাইমা, ইচে রেবিকানে। ইচে চঙলক- ও। লাক -ও।

রেবিকা - নচেদি (লাতানা খুমদ্রিঙৈদা)

সুনো - অঙাওবী চঙলকউ লাও, ঐ চাক থোংলিএ। নঙগী চাকসু হাপলম্লিবনে।

রেবিকা - ঐ লাক্কনি হায়বদি করম্না খঙলিবা?

সুনো - ও ইবেম্মা! লুহোংখিবা নুমীৎ থা চপ চানা ফারে, থা ফাবগী নিংঙোলনা মপামদা লাকপা হায়বসে শোয়দ্রবনি।

লাতা - ইচে সিদা ফম্মুসে।

রেবিকা - লাতাসিবু নৈশাবী চপ চানা ফারেদনা? উদবদি থা অমত্তা ঙাইরি।

লাতা - ইচেসে শক, কুচু থোকইকো? ইতৈনা লুনা তৌবীরমগনি?

রেবিকা - লুনা তৌবগী ৱাদি তুরেল কুমহন্দে।

পূন্না নোকমীন্নৈ। রেবিকানা মখা তারকই।

- অদো ঙাইখোনে, ঐনা তারিবা পাউসিবু চুম্লিবরো?

সুনো - করি পাউনো? লাতানা ৱা মরক থৎলি।

- আ নোংতম্বা লুহোংবগী ৱা ওইরিনি?

সুনো - ঐখোয় ইনাওনা খণ্ডদবা লৈতে।

লতানা - ও ইবেম্মা! ঐসু মীনে, রেবিকানা নোক্লগা মখা তারকই,

- নঙোন্দবু করিমত্তা হায়রক্তবরা?

সুনো - মানা য়ুম পানখিবা হায়বসে ঐগীদি লাইবক ফবনি।

রেবিকা - নোংতম্বনা অসুম্না তৌরক্কনি হায়বসে ঐদি থাজদবনি। (লাতানা ব্রা মরক থৎলকই)

- ঐখোয় ইচেগীদি ফরিনে? ইচেগীদি, দা - পুন্সিববু ঙাওহল্লম্বসিদি, মী পূম্নমক নুংঙাইনদে। ইচেসু থম্মোয় খরদি কনবা জাৎনি।

রেবিকানা করিমত্তা খন্দবা শাদুনা কাউখ্রমানে খণ্ডহল্লম্বা রেবিকাগী থম্মোয়দো লোৎশিনবা। য়াদে মায়খোংদা ফাওরক্তই, মপী ঈ-রা চেল্লকই।

রেবিকা - অঙাং ওইরিঙৈদগী মা-ঐ নুংশি লম্বীদা খোঙদারকখিবনি। ঐনা মাবু করম্না কাউগনি। ঐনা থম্মোয় পান্দবী শাদুনা ওইজবা থিবা তাবদি, মা-ঐগী য়াইফনবগীনি। (লাতানা মখা তারকই)

- ইচেনা চেনখিবা নুমীৎ অদুদগী লুহোংখিবা নুমীৎ অদুফাওবা মানা খাঙখিবা মৈচাক্তো য়েংবা ঙমদে ঐদি ইচে। ইচেগী লুহোং-পোৎপাং পীগে খন্দুনা নোংমা অথেংবা অহিং অমদা চৎলু মাল্লে। তানা-তানা, তাদবা শাদুনা ইচেনা কন্না তুমশন্নে হায়।

রেবিকা - ঐবু অদু য়ৌনা খনখ্রবা? ঐদি তশেংনা মা লাকই হায়বা খণ্ডদবনি। খণ্ডদবা অদুনবু ঐসু ঐগী লুহোংবা হয়েংনি হায়বা কান্দুদা চৎলুবনি, অথেংবা অহিং অদুদা মী পূম্নমক তুম্নখ্রমতুংদা, অদুবু নুমীৎ অদুদা মানা লৈরম্বা ফিভমদো উবদা ঐগী থম্মোয়সে কায়খিবনি। নুমীৎ অদুদা কায়খিবা ঐগী থম্মোয়দো ঙসিফাওবা তাইশিন্নদ্রি অসি হায়রগা হিক-হিক কপখি। মতম পূম্নমক্তা হাংদুনতা লৈবা মাগী কাগী খোঙনাও অদো, নুমীৎতুদি লোনশিন্দুনা লৈরম্মী। খোঙনাওগী উপাক অহোবা অদুদা, তপনা মাগী ফমুংদা য়েংখিবদা হিক্না হিক্না কপ্তুনা মোন

অদুদা মমায় অদো উপশিন্দুনা কপ্পী। অমুকসু মমায় হাইগৎতুনা ঐগী ফোটো অদো য়েংই। ফোটো অদুবু চেচেৎ কোনশিন্দুনা থরো-থরো ওন্দুনা কপ্পী। ঐগী হৌখিবা চিঠিশিং অদো অমুক পাই, ঐদি-মাগী মতৌ অদু উবদা ঐসু থোঙনাও ৰাংমদা হায়ফম খঙদনা কপ্পী। ঐ মাগী কাদা য়াম্না চঙনীংখি অদুবু.....।

সুনো - অদুবু কৈদৌরবা.......?

রেবিকা - ঐনা কাদুনা চঙলুরবদি নুংশিবনা পূম্নমক নমথেক্তুনা কাং-খোং চাইবা তারে খন্দুনা ঐহাক লাকই হায়বা খঙহল্লমদনা, থোঙনাও মপাদুদা লেপ্পা য়াবা মখৈ লেপ্পল্লগা ঐহাক হল্লকখি। হৌজিক্তি করিবু কান্ননি, খল্লুবগী অর্থসু লৈত্রে। মতমসু লোইরে, থম্মোয়সু অদুম নূংগুম কনখ্রসনু। সুনো, হৌখিবা থৌদোক খূদিংমক থম্মোয়গী লৈকাদা নূং ওনখ্রসনু। হৌজিক্তি ইপুরোইবগী মরুম-থুপ্না হিংবা তাবনি। নঙগী ৰারী খঙনীংদুনা লাক্লগা ঐগী ৰারী ওইনা নীংশিংনরেদনা?

সুনো - ঐগীদি লাইবক য়াম্না ফরে। ফিরেপ অসি ঐনা হান্না লৌখ্রবনি। ঐগী অনীংবা অপাম্বা পূম্নমক মশানসু তৌরকই, ঐ মাবু হায়নীংঙাই লৈতনা থাগৎলি।

রেবিকা - মশা-মশাসু হান্না খঙনমাল্লে, লৈসু লৈমীননীংমাল্লে, অহনখৈসু হাইফেৎ হায়নমাল্লে।

সুনো - মখোয়গী ৰাসে ঐ হৌদোক্লীংদ্রবনি, অদুবু হংলবনিনা খরদি খুল্লগে, - হন্দক ইকুই কুইদনা মখোয় অহল লাক্লম্মী লাইরৈ-নংঙি হায়বগুম করেম্নরম্মী। পুন্সিদা মখোয়মক ঙাইরে হায়দুনা চৎপা মীনি। হাৎকে, তুপকে ইঙম-ঙম্বা ইমুংনি। ইমানসু য়াম্না পামদে। দা-নোংতম্বনা নুপী থিখিবসে ঐসু হরাওই। অদুবু...। মাদি ঐগী নাক্তা তোয়না লাকই। অদুনা অসুম্না হেক-হেক হায়রৈ।

নোংতম্বা - অহল-লমননা য়াদদুনা চেল্লুবনি, ঐ মাবু থোইনা খঙনবসু নত্তে। ঐ নঙবু তশেংনা নুংশি। ঐ নঙ নৎতনা কনা অমত্তগা লুহোংবা পামদে। অসুম্না তত্তনা হায়, অদুবু ঐ য়ানীংদ্রে। ইমা লুখ্রাবীনা ঐবু নিংথীনা শেম-শাদুনা য়োকপীরগা ইমানা পামদবা থবক অমত্তা ঐ তৌনীংদে।

রেবিকা - ইমাগী য়াথং ইনগে খল্লবনিনা ইমানা হায়বা নিপা অদুদা নঙসু য়াবা তারে?

সুনো - (পূক্লিং নুংশিনা, মীৎলুদা ঈনা চেন্দনা) বেবিকা. ঐবু করি হায়না খুম্মু হায়বগে? নুংশিবা হায়বসিবু হৈ-লৈগুম্না হোংদোক হোংজিন য়াবসু নত্তে। ঙরাংসু মখোয় অনি লাক্কুনা ঐবু ফাদুনা পুনবা হোৎনরম্মী। ইমা লৈরম্বগী ফবনি। ইমানা নিংথিনা থেমদুনা থাদোকখ্রিবনি।

রেবিকানা য়াম্না হৈ-শিংনা সুনোলাতাগী থম্মোয়দা ইথক-মচা কারবা ফোংদোক্কবা নুংশিবা অমা লৈবনো রেবিকাসু খংঙি অদুবু মদুগী মতমদা ব্রা হৌদোকপা য়াম্না কিনা লৈরকপনি। অদুবা তাঞ্জা চারে খন্দুনা ব্রা মরক থৎলি।

রেবিকা - দা নোংতম্বসে য়াম্না নুংশি অদুবু মানা হন্দক তৌরক্লিবা লীচৎসিদি ঐসু মাবু নুংশিবা ব্রাৎলি। নখোয় অনিগী মতৌসে কনানসু কাইননি থাজদে, অসুক নুংশিননা নুংশিনবা দা - নোংতম্বগা করম্না কাইনরিবনো? নোংতম্বনা করম্না নুপী অমা চেল্লুরিবনো? ঐখোয়দি পুংঙক ঙকই।

সুনো - (থৌ ইশা শাদনা, অব্রাবা নুংঙাইতবা করিসু খন্দবা শাদুনা অসুম্না হায়রকই) মশানা নুংশিজবা, অপাম্বা ঐঙোন্দগী অহেনবা থিজখিবদা ঐখোয়না মঙোন্দা ব্রারৌনিঙাই লৈতে।

রেবিকা - দা কুনজরনা নুপী অমত্তা কোইদনা লৈরক্লিবসে নোংতম্বগী হায়ঙম-তৌঙম্বা অদুদগীনি, নঙোন্দা ইহান-হান্না নুংশিজবা মীশক্তি দা - কুনজরনি। অদুবু... মাগী মরুপ নোংতম্বনা হান্না হাইদোকখিবা অদুদা মহাক থম্মোয়নুংদা নঙগী শক্তম কনা খংদা লাক্কুনা থমখিবনি। ইনাক-কৈরাক-খুনবা মচাশিংসে পুক্লিংদা হেক ফাওরকপা অপাম্বা, চীনবালনা হান্না হাইঙম্বা। পুক্লিংগী অপাম্বা হেক্তা হাইদোকপা ঙমগল্লি।

সুনো - পুক্লিং নুংশিনা, খংদেদা রেবিকা ঐসে ইনাক-খুনবা, অরং-অরাং খরদা ঙাওবা নুপী ওইনা উরদরা? ঐসু মাবু নুংশিখিবনি অদুবু মাদি মতমদুদা করি নত্তা হায়রকখিদে। নুপী ঐখোয়গী অপাম্বদি ফোংদোকপা ঙমদবনা, মদুগী ওন্ন-তৈনবদা লাকখিবনি।

# তরামরিগুবা শরুক

হিয়াঙ্গে থানি নিঙোলশিংগী পুক্লিং নুংশিবা থানি সুনোলতাগী ফিভম য়াম্না লুরকই, নোংম-নোংমগী অৱাবা ৱাখন্না লৈতাফম খংদ্রবা থম্মোয়না অরুব্বা পোৎলুম অমা পুরি। করিগুম্বা পোৎশক অমা লুম্না পুবদি পোৎ অদু থারগা অৱাবা অদু কোকই। ৱাখলগী পোৎলুমসিদি পুন্সি লম্বী তেনশিল্লকপা নত্তনা করিসু উপাই লৈতে।

পুন্সিবা, সুনোলতাগী য়ুমদা লাকই, করিগুম্বা পাউ খরা তম্লিংদুনা প্রপ-প্রপ চংশি দুনা সুমাং মতোন্দগী সুনোলতা কৌরকই।

সুনো-সুনো, সুনো-সুনো। (সুনোলতানা তপ্না খুম্বনি, মাগী কাদগী) খুম্বা অদো তাদ্রদুনা মথন্তা অমুক শোঞ্জবনি কনা-মতা লৈতম.ল্লে। সুনোলতানা পুন্সিবনি খংলকপদগী মপান্দা থোরক্লুনা

সুনো - হাইমা দা-পুন্সিবা, চংলকউ লাও। অদুদা লেপতুনা লৈতসু

পুন্সিবা - ঐনা কৌবা কাসে খুম্লিংদ্রেনে? য়ুমদা চংহন্নিংদ্রমালে? (সুনোলতা ইকাইরপ তৌনা)

সুনো - মীনা খুঁম্বদি দা-পুন্সিবনা তাদ্রগা? ইকাইবা হান্না পীশল্লক্কনু। সে, মোরাসিদা ফম্বীয়ু, মোরাসিসু তৎলে।

পুন্সিবা - ফম্বা য়ারগা লোইরেদা, কৈদৌইগে?

সুনো - কমদৌরি দা-পুন্সিবা, নুংঙাইরিব্রা?

পুন্সিবা - (শকফম খঙহন হঞ্জিল্লগা খুমনিংদা পাউখুমনা) হোই, ঐ হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইরি....।

সুনোনা করিগী ৱাহং অসি মঙোন্দা হংলুরিবনো মপুক্লিংদা খল্লকই।

পুন্সিবা - (ৱারৌবা ৱাহৈনা) ঐ নুপীশিংসে থাজবা থমদরে। কিসু য়াম্না কি, হৌজিক্তা খংলক্লে। ইশা মতিক চাদে হায়বসিসু।

সুনো - দা-পুন্সিবা, নুংশিবা হায়বসিবু থুংনবা অদু খক্তারনে? থুংনদনা কাইনখিবসিংসিদি নুংশিরগ্নোই হায়সিরা?

পুন্সিবা - তপ্না-তপ্না লাপথোকখিবা ওইরদি খরা ফগদৌবা? অদুদি নত্তদনা ইরাল অমা পীরগ্নগা খংথং-থংখিবসিদি করম্বা থম্মোয়না খঙবা ঙমগনি। ফোংনা কপ্পা য়াবসু নত্তে।

সুনো - ঐসু থাদি থাজদবনি রেবিকানা অসুম্না তৌখিনে হায়বসে? অদুবু কনানা খংগনি। উনশানা কুপ্লিবা মীওইবগী থম্মোয়বু, ঐগীসু অদুমক মঙাই।

পুন্সিবা - ঐগী ৱাদি লোইনা হৌখ্রে। লোইনা চংখ্রে। পুম্নমক ৱারি ওইহৌরে। অদুক থিনা মীনগ্নম্বা মহাক অদুমদি ঐ মাবু ৱারৌই। হন্দক্কী নিংঙোল চাক-কৌবা নুমীৎতুদা ঐহাক পুক্লিং নুংশিনা লৈরিঙৈদা মখোয়গী অঙাং অমদা ঐগীনি হাইদুনা য়ুবী অমা, লফোই লাফাং অম, কোমলা খরা, সেম খরা ঐনা তোইনা চাগনবা অচাপোৎ খরগা পীরকই লোন্না মী খংহন্দনা পীরকপনি। ঐ পুক্লিং নুংশি কপসু কপনিংঙি, পীসু তারকই। অদুমক ওইরগসু ঐ কদোমদগী লাকখিবনো খংহৌদবা অশাওবা অমনা করিসু খংজদ্রবা পোৎশক খরা অদো ইনাক্তগী য়াম্না থুনা পুথোকখিনবা অঙাং অদুদা চৈবীখি।

সুনো - মরাল করিসু লৈতবা পোৎতুদা তাইনবিখ্রবা।

পুন্সিবা - ঐসু কোন্নবুদি নিংঙমহৌদে। অদুম্মক ওইরসু ৱারৌরি হায়বসিমদি মাসু খংলগ্ননিদনা? রেবিকানা য়ুম পানখিবগী অহানবা চহিগী নিংঙোল চাক্কৌবদো হন্দক চহিসিনা অহানবনি। অরৈবা ফিজেৎ, লৈতে, সনা, লুপা শেৎ-চাদুনা মপাম লমদমদা চৎনবা থানি। লৈতবা লাইরবা কয়াদি চৎতি-চৎনিং শেৎন-ইন্নবা ফি-রোলদি লৈতবা, ফি-রোল লৈরগসু সনা-লুপা লৈতবা নিঙোল কয়ামদি নুমীৎ অসিদা কপনিংদবা নিঙোল লৈরমগদ্রা? সনাগুম্না ফজরবা সনারৈনা কয়াতা নিংথিনা মেরাগী থাবল মরক্তা হিয়াঙ্গৈ থা নিনি পানববু ঙাইজরিবা, গোরবুধোন চীংগী চীংথক্তা ষনবী-ষন্নাও কয়ানা মঙকশমদা শনারৈ পরেং-পরেং শিদুনা চেন্না-চোংনা শান্নবা জগৎকী মপা শ্রীকৃষ্ণনা খুৎতা বাঁসি পাইদুনা নিংথিবা শুরনা তাইবং

জিববু শুক্ষৎলি, মপু মানা পীবিবা লবুক্কী ফৌনা লৌবুক চোন্না লৈবা উরগা মতম অসিবু কল্লক্তবা তাইবং জিব কনাবু লৈবগে? সনা অহিংবা মচুগুম নিংথিরবা সনা ফৌনা, লবুক চোন্না লৈবা উরগা করম্বা লৌপুনা মোমোন নোক্তবা য়াওবগে? হায়নিংঙাই লৈতনা নুংশিরবা মতমনি, নুংঙাইরবা মতমনি। নিনি পানবা চাক্কৌবা লোইখ্রবসু কনা-কনাগুম্বা খরদি নুমীৎতুদা নত্রগসু থা অদুগী মনুংদা চাক কৌনবসু অদুম য়াওরি। (সুনোলাতানা ঙাইহাক তুমীন লৈরগা অসুম্না হাইরকই)

সুনো - য়েংউ! দা-পুন্সিবা লৌবুক্কী ফৌসিংসে ফজদরা?

পুন্সিবা - উম ফজে।

সুনো - লৈকাইগী মরুপ, ইবুং-ইশ্বা, ইতারোই কয়া শঙলুপ-শঙলুপ, লৌ-খাওবা, য়েবা চৎপদো নুংশিদরা? রেবিকা ঐখোয় ময়াম লৌয়ে, লৌখাওবা, খুল্লং তৌনদুনা শঙলুপ-শঙলুপ চৎপদা নিংশিংলিবরা?

পুন্সিবা - হৌখিবা থৌদোক কয়ানা থম্মোয়সিদা কপহল্লিবনি। চৎলিবা থা অসিগী হিয়াঙ্গেগী ২৭ পানবা নিংথৌকাবা নুমীৎ অসিদা ঐগী মরুপ নোংতম্বসু লুহোংনবা লেপ্লখ্রে। ঐগী মরুপ অসুম্না তৌরক্কনি হায়বসে ঐদি ঙসিসু থাজদ্রিবনি। নোংতম্বনা নংবু তশেংনা নুংশি। হৌজিকসু নংগী ফিরেপ হোংহৌদ্রি, ঐনদি হাইরম্বনি নঙগী পুন্সিদা সুনোলতাগুম্না ফজবা নুপীদি শুকফং ফংলোই। ইনাক খুনবা, সনা-লুপ লৈবা নুপীদি ওইরম্বা য়াই। সুনোলতাগুম্না নিংথিবদি ওইরম্লরোই হাইনা।

সুনো - করিগী ঐগী ৱা হৌদোক্লুরিবনো? ঐ মীগী মকাদা অয়েৎপা ওইনিংদে। মাসু মাগী চান্নজবা পুন্সি খোংলোই থিজবনি। মদুদা ঐনা কনাবু ৱারৌনিঙাই লৈবগে?

পুন্সিবা - (অমুক মখা তারকই) নোংতম্বদি মাগী লুহোংবা অদো হেক লোইবগা নঙগা অমুক সুংশোই-শোইদনা লুহোংখিনি হাইহৌই। মদুনা মাগী করম্বা ৱাখলনো খংদে। (সুনোলতানা শাওনিংবা ৱাহৈনা হাইরকই)

সুনো - মদুনা নুপীশিংবু করিসু লৈতনা খনবা হন্থবা মীৎয়েৎনা য়েংবীবগী ৱাফম্নি। মদুদা ঐনা য়াগদৌবসু নত্তে।

# তরামঙাশুবা শরুক

থম্বাল ঙাংবী, মমা মচা য়ুমগী লৈত-লাইর তান্দুনা, অফ-ফত্ত খন্নদুনা, মমানা মচাদা মচা ওইবগী নুংশিনা পাউতাক কয়া পীরি। ইবেম্মা, চেকশিল্লু। নুপীগী খোংথাংসে য়াম্না লুবনি। মীনা ঐখোয়বু য়েংশিল্লি। ইচাগী শক-চু অসিদা কল্লক্তা কনাবু লৈরিবগে? ইচাগী মীংসু কৈরোই লৈকাইনা নুংশিবীদুনা ইমাগী মীংগা মান্ননা কৌবী। থম্বাল ঙাংবীগী মচাদি থম্বাল ঙাংবীগুম্না নিংথিনা ফজে হায়দুনা অহল-লমন, নবুংশিংনা কৌনরিবনি। নমা ঐগী শক-মাল্লি হায়দুনা ইচানা লৈশাবী মপুং ফানা লৈবসে ইমা পাখৎলক্লে, পুক্লিং নুংশি, ইচাবু কল্লকপা য়াম্মী। নোংমা খুদোংথিবা থোক্লকপদা ইমা ইচাগী ফজফম লৈতে, ইচাবু শক উখিবা মীওই কয়ানা, ইচা-ইমৌ ওইনিংদবা কনাবু য়াওথ্রবগে? খুল অসিদদি ইচাবু হাইদবা নিপা অমতা লৈরম্রোই। মচানুপী সুনোলাতানা হাইফম খংদনা হায়রকই-

- অদুবু ইমা ঐনরো? মখোয়না হাইরকই, হংলকই হাইদুনা ঐনা য়াববু য়াওখ্রবরো?

মমানা, ইচানা য়াই হায়বগী ৱা নত্তে। ইমা ইচাবু নুংশিবদগী হায়রকপা ওইরমগনি। অদুবু ইবেম্মা, ইচাবু নুংশিদুনা হায়বা নত্তবা, ইচাবু কল্লক্তুনা হাইবা কয়ামসু য়াওরমগনি।

মচানুপীনা মমাদা ওইনদুনা অসুম্না হাইরকই।

- ঐবু নিঙোলনি হাইদুনা লৈহন্নিংদ্রবরা ইমা?

মচাগী ৱাহৈ অসি তাবদা মমানা হীক্লা-হীক্লা কপ্লকই। কপ্লা কপ্লা ৱা মখা তারকই

- ইচা লৈশাবী ফারে হাইদুনা লৈহন্নিংদবগী ৱা নত্তেনে। নিঙোল ওইবী ঐখোয়গী চৎনবীনি। মচা নুপীদি চম্না সুম মমাদা ওইনদুনা হাইরুবনি। অদুবু মমাদি থম্মোয় শোক্লা পুক্লিং নুংশিখ্রে। অসুম্না মমা-মচা লৈরিঙৈদা থোঙ্গাল্লোমদগী নুপী অমা চংলকপদু উহৌদ্রমাল্লে। মনাক্তা লেপ্পগা কৌরকই - ইবেম্মা ঙাংবীদো, (ঙকচান্নন) হাইমা, ইনে কাখৎপীরকউ। মমানা, ইনম্মা লাকপা উহৌদেৱানি।

সুনো - ঐখোয় ইনেসে পোৎ যাম্না পুরকএদা। এ! ঙাসু য়াম্না য়াওরিনে, ঐনা চাগনবা কাবোংসু যাওরকইনা 'সিদি য়াম্না হাওনিএ।

মমা - কৈদৌনবা অসুক য়াম্না পুরকইনো ইনম্মা?

মনে - করিসু য়াম্বা নত্তেদা, ঙাসু য়ুমদগী ফাবনি। লৈরুবা পোৎ অমত্তা য়াওদে, য়ুমদা লৈবা পোৎ ঙাক্তনি।

সুনো - ইনে, নখোয় ব্লাবাগাইসে থবক য়াম্না শুগল্লি?

মনে - ইবেম্মা, নখোয় শ্বাইসিদা তৌনরিবা অসিগা চপ মান্নেদা। অতৈ লাইরি ঙাইখোনে ইমৌ তোনবী উদেদা?

সুনো - ঐখোয় ইনাওদি ট্যুসন তৌবা চৎখি, লাক্লনি। ইনে, ইমাগা সুম ফম্মীন্নৌ ঐ চাক থোংলুরগে, ইনেবু করি চানিংগে?

মনে - (হরাওনা নোক্লদুনা হায়রকই) ইমৌননে হেক চানিংবদো ননে ঐগীসু চানিংবনি। চাকপু ঙল্লি ঙাইখো, ইনে ব্লা হাইখিগে?

সুনো - করি ব্লানো ইনে?

মনে - (তাঙ্গা অদু চারে খন্দুনা ব্লা হৌদোক্লকই) নহাল হাইরম্বা ব্লাদো, নুমীৎ লেপনরসি, মখোয় অহলশিং লাক্লগে হাইয়ু, য়ানবসু খরা শিনবিয়ু হাইদুনা ঐঙোন্দা ইহোক্লা কন্না শিন্নরম্রে জাৎনি। ইচা-ইমৌগী ব্লা তাদনদি ঐনদি হেক ঙম্বা নত্তবনিনা, য়ানি-য়ারোই অমত্তা হায়রমদে। নিপা মচাদুনা মরোল অমা, নোং ঙানবা ঙাইঙমদে। ঐ থবক্লা শুফম-চাফম খংবা জাৎ নত্তে।

থম্বাল ঙাংবী - ইনম্মা, ঐগীদি করি হাইগদৌবনো খংদ্রে? নচা নমৌগী ব্লাদা লোইনা লৈ। ঐদি মমানি হাযবগী ব্লানি। নমৌগী ব্লা তাদনদি ঐ ব্লা অমত্তা হায়বা ঙমজদে। লৈকাইসিদগী হেন্দোক্তনা অতোপ্পা কয়াদগী ইচাবু হাইদবা হংদবা অমত্তা য়াওরম্রোই। মানা সিমদি য়ারেসে হাইবসে সুকহাই হাইদে। ঐ য়ুম পানখিরোই হাইদুনা অদুম লৈরিবসিনি।

সুনো - (পুক্লিং নুংশিনা কপ্লকই, হিক হিক কপ্লগা অসুমনা হাইরকই) ইনে, মমা ওইবীশিংনা মমাগী পিবিক্লুংদা হেক লৈরকপদগী কদায়দা শোইখিগদৌগে?

কদায়দা মাংখিগদৌগে খন্দুনা শুগদৌবা থবক কয়া শুরক্ত, চাগদৌবা কয়া চারক্ত, মচাশিংগী খন্দুনা তুম্বা মচেৎ, চাবা মচেৎ, হৌজিক্তি নিঙোলনা ময়ুমদা লৈবগী মতম ওইদ্রামাল্লে।? ইমাগী অপাম্বা মফমদা মচা ঐসু লেপ্লগে। ৱাহৈ খরা অসি হায়রস্রগা হিক্স-হিক্স কপ্লগা ইস্নুংদা চংখি। মচানুপী মতৌ অদু উবদা মমাসু মনেসু কপখি।

মনে - (মনেনা মপী তৈথোক্লগা) তাচৌদুমক্তং লৈরম্লবদি কয়াদা নুংঙাইজরমগবা?

থম্বাল ঙাংবী - (খোল থোক্লা কপ্লকই) নচানুপী মপুং ফারক্লে, অমুক্তংদ য়েংলো লাওনে, ইবুংঙো।

-- ০০ --

## তরাতরুকশুবা শরুক

থম্বালঙাংবী, মচানুপী লুহোংবগী কুঠি য়েংবা চৎখিবনি। নিপা ময়ুমগী মীগা, নুমীদাংৱাইরম ওইরক্লে। উচেক-ৱায়া, ত্রিল-কাং, পুন্নমক মরাং-মরাং লাংনরকই অরাপ্পা চীংয়া-তময়া পাৎয়াদা চাক্তারুবা মচীঞ্জাক থিবা চৎলুবা উচেক চা কয়াদি। পরেং-পরেং ময়ুম মাইগৈ তম্না পাইনরি। চীংখোং চীংয়াদা ঙৌথাংনর মরক্তা অঙৌবা উচেক, উরোক পরেং-পরেং পাইবা উরগা অসুম্না খল্লুরে। অঙৌবা লৈ কুন্দো পরেংনা পাম্মুবা মাগী ঙকশমদা হুক্রমদায়গুম খল্লুরে। হয়েংতা ঙাইরবা মাগী লুহোংবা মতম অসিদা ঐগী থম্মোয়সিদা ৱারিবসিনা করিগীনো? ঐগীদমক লেপ্লম্বা মহাক্লা মীগীদমক লেপখ্রে। থম্মোয় নংবু কৈদৌবগে? মাগীদমক ৱাবসে তোক-ও। হে, মীৎকী পি, নংসু মাগীদমক শিম্বরক্লনু কৈদৌবগে?

প্রপ-প্রপ হরাওনা হল্লকই ময়ুমদা মচা লুহোংবগী পুংফম নুমীৎ পুরদুনা, মমানা হল্লকপা অদু উবদা সুনোলতাগী মীহুল তিং-তিং চোংই। ফাগী-ফাগীদগী

নুংশা থিরকই, ঐবু হৌজিক লুহোংবা তারেকো? মমানা সুমাং মচি হেক য়ৌবগী মচানুপীবু কৌরকই।

- ইবেম্মা, সুনোলতা নংবু কদায়দা লৈবগে?

সুনো - ইমা ঐ ইমুংদা লৈয়ে।

- পোইনুনা নংগী নপোক থা ওইরে অদুগা ৱাকচীংনা নিপাদুগী মপোক থা ওইরে। ৱাকচীংদি লুহোংসু লুহোংনদে অদুনা ফাইরেনগী তরামরি (১৪) নি পানবা ইরাই নুমীৎ অসিদা য়াম্না ফরে হাই। ননেসু মখোয় নুপা ময়ুমগী মীগা পুন্না হনখ্রে। থা অনি অহুমসে খংহৌদৌ নত্তে। থবক্তদি তৌবা ঙমহৌরোইদৌবা। মতমদি ঐখোয়বু ঙাংবীতৌ নত্তে। মচানুপী সুনোলতা পুক্নিং খঙনুং নুংশিরক্লনা হিক হিক কপ্পকই। মমানা মচাগী মতৌ অদু উবদা মমাসু পুক্নিং নুংশিরকই। অদুবু অৱাবা নুংঙাইতবা পুম্নমক লোৎশিন্দুনা মচাবু থেম্মী।

- ইচাবু কৈদৌরগে? হকচাং ঙমদ্রবরা? নশাদো নুংঙাইত্রগা পোত্থারো। ননাওনুপীনা মরাইনা হোৎনজনি, ননাও নুপীনা কদায়দা চথোকখ্রে। (মচানুপী লাতানা খুম্লকই)

- ইমা ঐ এঙ্গাং মল্লিয়ে মনিংদা, ইচেনা হঙ্গাম থোংবা চাসি ঙাখা মচা খরা পুখ্রিদগী ফাবদুগা থোংসি ইমা, অদুনা হাওনিয়ে।

- ফরে, ফরে অদুদি ইমাসু ললোনবী উনরুখিগে, ঙরাং কোবী, হঙ্গাম খরা য়োনখিবগী পৈশাদো লৌরুগে। হেক লৌরুদ্রিফাওবা থিল্লক্লোইদৌনি, চান-থরু বা থাও-থুমদি লৈরিবরা? মচানুপী লাতানা

- থুমদি খরা ৱাৎলমগনি। হয়েং লৈবসু অম্মানি লৈরক্লো ইমা। ইমা ইচে লুহোংবগী কুঠি য়েংলুবদুদি ইমা, করি থাদা তারে।

মমা - ফাইরেনগী তরামরিনি পানবা ইরাই নুমীৎ অসিদা তারে। থা অনিমথাই মুক্তা ঙাইরমগনি খংদে করিনো ইমানা তৌগদৌবসে। ইমা পৈশা লৌরুখিগে, নচেগা করিনো অফ-ফত্ত তান্নরম্মু মনাও নুপী লাতানা মচেগী মনাক্তা চংশিন্দুনা মচেগী মনাক্তা তপ্না ফমথরগা হাইরকই।

লাতা - ইচে, ফাইরেলগী তরামরিনি পানবা হাইরিবসিবু ইচেবু তারবরা?

সুনো - (মচেনা কপ্পম্বদগী অহিকপা খোঞ্জেলনা হাইরকই) উমঃ তারে।

লাতা - ইচে দা-নোংতম্বগী লুহোংবা হয়েংনিদনা, ঐদিনে ইচেদা, নোংতম্বসে লুহোংবা হেক নোঙ ঙানবগা লাক্তৌবা মাল্লি।

মচে - মা লাক্লগা কৈদৌনি হাইগে। কান্নদ্রবা মতমসিদা ?

লাতা - অদো ইচে, মাননে ইচেবু চৎসি শোইদনা হাইরক্কনি অদো ইচে, য়ারুনুকো ইচে। ইচেগা মাগা লৈনরিবা মরিসিদি মখোয়না খংদবনিনা, ইচেবু অতোনবী মীগী নুপা মুনবী, তৌ-ঙম্বী হেক্তা হাইনদোইনি। ঐগী ইমান্নবী অমা, মখোয় মনাক্তা লৈবদুনা ঙসাই হাইরম্লিবা মখোয় নুপী মপাদুনসু দা-নোংতম্বাদা ইনশিল্লি হাই, নুপানা নুপী অনি লোনবা করিসু কাইদে অদুনা লুহোংবা হেক নোংঙানবগা ইচেবু চেল্লকউ। মশানা য়াদ্রবসু ফারকউ হাইদুনা মচাদা ইনশিল্লি হাই। ঐদিনে ইচেদা দা-নোংতম্ববুদি নুংশি হায়ববু মখোয় মপাদো য়াম্না নুংশিদে ঐদি। অদুক হনুরবা মানা নুপী অঙাং উবা য়াদে, ঙাওশন্নবা নহা মচাদগী খরা হেল্লি ৱাথি-ৱারেম ঙাংলিবা। মখোয়না কয়াম ইনাক-খুল্লবসু ঐদি শুকপাম পামদে মখোয় ইমুংসে। অদো ইচে, দা-নোংতম্বগী ৱাখল খল্লুরনু। দা-নোংম্বনা কয়া হায়রক্লবসু য়ারুনুকো ইচে। হৌজিক্তি মতম হেল্লে।

সুনো - ঐনবু লৈগে খল্লবদি নহান্না লৈরম্লনি। অদুবু খংনরুবা তিন্নরুবনা কাওগে খনবসে ঙমদে। নিংশিংলরোই খল্লি য়াদে মাবু, লম্লানবী কনাগী ঙকশমদা হুকখ্রগদৌরবা মাগী ঙকশমগী কুন্দোদো, লম্লানবী মাগী মখুৎতো কয়াদা লাইবক ফরিবনো?

মপুক্লিংদা খনবা ৱাখল অদো চীনবান য়ৌরকই খংহৌদনা হাইদোকখিবনি।

লাতা - (য়ান্না হৈ-শিংনা ঙাংলকই) হৌজিক্তি ইচেগীসু লুহোংনবা মতম লেপ্লরে। শক হাইরে নোংতম্বনা হেনবা নত্তে, মশাসু মতিক চাই, ইনাক-খুনবদা হাইরুরগসু মখোইসু ৱাগাইদদি মমিং চৎলিবনি। দা-নোংতম্বনা হেনগে হেল্লবদা নুংশিবদা

খরা হেন্দৌ মঙাইরে। অদুসু মানা হান্না নুংশিনরুবগী তৌবনি। কোন্নদদি ৱাগাইদুনা হেল্লকপা শোইদবনি, লৈরবা মতুংদদি।

-- ০০ --

# তরাং রেৎশুবা শরুক

মনাওনুপী লাতানা মচেদা পাউ তমগদৌবগী ময়ুমদা প্রপ-প্রপ চংলকই। সোরোক্তা ঙাংনহৌবা পাউ অদু মচেদা তমনিংদুনা

- ইচে, ইচে মখোয় লুহোংবগী কৈন্য অদো চেনখ্রে হাইনহৌই।

সুনো - করি হাইবা?

লাতা - লুহোংবা নুমীৎসিদা কৈন্যদো চেনখ্রে অতোপ্পা নুপা অমদা হাইনহৌই।

সুনো - অদুবু অচুম্বরা? মদুনা অচুম্বা ওইরবদি ওম্বোক্তা ইকাইরগনিদা?

লাতা - চুম্বা চুমদবদি ঐসু খংদে মীনা নিম্বুং-নিম্বুং ঙাংনহৌই।

মচেগী থম্মোয়নুংদা অপেনবা অমদি ফাওরকই। চীনবান থোক্তা হাইদোক্ত মীনা ঙাংনরবদি শোইদি শোইরম্রোই।

লাতা - কল্লক পেল্লিদা! ঐ-মক ঙাইরে হাইদুনা তৌ-শাবা মখোয় মপাদো, তৌবগীদি মখোয় মপাদো ইকাইবা খংবা মী নত্তে।

অমরোমদনা নোংতম্বগী য়ুমদা পাউ হংবা লাক্লম্বা মীয়াম অমনা কৈন্য চেনখ্রবনিনা লুহোংবা কাইরে, লুহোংবা কাইরবনি। লুহোংবা নুমীৎ অসিদা কৈন্য চেনখ্রবনি। হাইরুবা হৱা, গারি, বেন লোইনা হাইদোক্লুবা তাবনি। অহল অমনা হাইরকই

- হৱা গারি, বেনদি লাইরি, অরাপ্পা মীগী বার্তোনদুনি লুরিবদি, হোরেল শোইদনা লাক্লগনি।

নোংতম্বগী মপানা মচানিপা নোংতম্ববু কৌশন্দুনা অসুম্না হাই, - ইবুংঙো নিপা থোকউ লুহোংবা কাইবা যাদে ঙসি সোইদনা লুহোংবা কাইবা য়াদে। চৎলু, হৌজিকমক গারি ভান পুখো। পৈশা খরসু য়াওখো। থম্বাল ঙাংবীগী মচা ঙাংবীদোনদো হৌজিকমক পুরকউ। হৌজিকমক লুহোংগদৌবনি। মশানা য়াদ্রবসু নমদুনা ফারকউ। তিংফম থোকপা পৈশা তিংলগা লোইরে কৈদৌই হাইগে ? ঐনা হান্না মখোয়না খরা লাইরবদুদা তৌবনি। শক-চুদি মখোয় মমা-মচাবু হেনবীনবা লৈতে। নংনা ঙম্রোই হায়রগা ঐসু যাওগে। অতোপ্পা মী খরসু পুখিসি। হান্না থেমদুনা নৌদুনা য়েংবা তাবনি মদুদা য়ারক্রগনা নমদুনা ফারগা পুরকপা তাবনি। নিপা মচা নঙ ঙম্রোইদরা?

নোংতম্বা - (মচা নিপা নোংদম্বনা তপ্না খুম্নকই) ঐগী লুহোংবসে তোক্লসিবা? *মচানিপানা ব়া ঙাংবা লোইদ্রিঙৈদা থৎলগা হাইরকই মপানা*

- করিগীনো, নপুক্লিং অদুক শোঙ্গরিবনো? ইপা লৈরিবসিদি, নং করিগী চীংনরি।

নোংতম্বা - (মচা নিপা নোংদম্বনা তপ্না হাইরকই) মীসু লুহোংবগী মতম লেপ্ন খ্রবনি, মীগী মকাদা অমুক য়েৎতবনা ফরনিদা?

মপানা ব়াজাওগা লোয়ননা হাইরকই, মীনদি মীগী মকাদা য়েৎলগা ঐখোযনদি করিগী য়েৎলোই। নিপা মান্দবা তৌনু? নিপা থোকউ, থম্বাল ঙাংবীগী ইমুংবু করিগী কিরিবনো? য়ারবসু য়াদ্রবসু ফারগা হেক্তা পুরকউ। মশক্তুদি ফজবনিদা ... করি হাইগে ইবুঙো?

নোংতম্বা - (মচানিপা নোংতম্বনা মপাবু ব়ারৌবগুম) পুম্নমকসে বাবানা শিনবনি, হৌজিক্তি মীগীসু লুহোংবগী মতম লেপখ্রে। ব়ারোইপোৎ থাদুনা, অওং-অউনপোৎ শেম শানখ্রে, মতম অমদা ঐদি বাবাদা হাইজবনি থম্বাল ঙাংবীগী মচা সুনোলতা নত্তনা ঐ কনা অমত্তগা লুহোংবা পামদে হাইনা। হৌজিক্তি করি ওইরে বাবগী পৈশা, সনা খরা অদুনা মীবু মী-ওইনা করিসু খনদে। পৈশানা অপাম্বদি লৈবা ফংই হাইববু নুংশিবদি সনা লুপানা লৈবা য়াদে হাইবসি বাবাদি খংদমাল্লে। হৌজিক্কী মতমদা মীবু লৈতে-লাইরৈ হাইদুনা য়াম্না হম্বনা খনবা যাদ্রবনি।

মপানা পৈশাগী [illegible] মতমদবু পৈশানা ঙমদবা করিবু লৈরিবগে? হৌজিক্কী ৱাতা নত্তে, আ-- মমাংঙৈ নিংথৌ পাল্লিঙৈদগী অদুম চৎনদুনা লাক্লবনি। হৌজিক পুংদি তরেৎ (৭) তারক্লে লুহোংবগী মীদি লাক্লনি। কান্নদে চৎসি, ইপাসু য়াওগে। মখোয়গীদা লৈবা মীনাই তোম্বদা অসুম্না ওনশিন্দুনা হাই, মচানিপাদি তাহন্দনা

- হাঃ. তোম্ব। করি হাইনি উং আঃ তৌনদুনা লৈবগী মতম নত্তে। অদুনা মমা খংদে, মচা খংদে চেল্লক্তুবা য়াদ্রবনি। মমা ওইরে ঐগী মচা ওইরে ইচাগী। নোকফেৎ তৌনা লাক্লগা ঐগী ৱাসিবু য়াদ্রবরা? ঐখোয়সু নহা ওইরি। চহি হুম্ফু (৬০) খরদমক হেনবতা ঙাইরি পাখং নখোয়না হেনদৌবা নত্তে। হা - তোম্বা নত্রনে?

তোম্বা - (নোকফেৎ তৌনা ৱা মখা তারকই) য়াই - য়াই বাবুগীসু লুহোংবা য়ারি, নহা য়াম্না ওইরি নচা নুপাগীদি লোইরগা বাবুগীদমক খংনবা হাইবদুনি বাবু?

থাগৎলগা হরাওদবা মীদি লৈতবনিনা, থাগৎলগা হরাওবা মীনিনা, খুইরবা মমাই অদো হে..হে....হে নোক্লকই। নোক্লা নোক্লা মচা নিপাদা নুপী চেনবা চৎননবা হাইরকই।

- কৈদৌরগে হৌজিকফাওবা ফি শেৎপা লোইদ্রিবরা? তোম্বা গারি ষ্টার্ট তৌ মশা মড় ফ্বা য়ু থকপা নহা খরা পুখো করিগুম্বা হোরেল হো-হা হাইরক্লবসু নখোয়না ঙম্মক্তবা য়াদবনি।

ঙাংনরিবা ৱাশিং অদু ঙাশাইদগী নুপী মচা লৈকাইদুদা লৈবা, সুনোলতাগী মনাওনুপীগা তিন্নবা মমান্নবী অদুনা ঙাংনরিবা ৱাশিং অদু তম্লনবা চেল্লক্লনা সোমদনা পাউ তল্লি।

লাতা - লাতা নখোয় ইচেদি? শ্বর থবেৎ-থবেৎ চেল্লকতুনা পাউ তল্লি।

- নখোয় ইচেদো দা-নোংতম্বগী মপাগা মখোয হৌজিক লুহোংবগী হাইনি হাইদুনা লাক্তৌগী তৌহৌই। করিগুম্বা যাদ্রগসু নমদুনা ফাগনি হাইদুনা গারিকা, মীকা থৌরাং তৌহৌই, কৈন্য চেনখিবগী ৱাদি তারবা নত্রা?

লাতা - হোই তারে

*মমানা ঙাংনরিবা ৱাদু ইমুংদা তারদুনা প্রপ-প্রপ থোরক্লগা নুংশা থিনা হংলকই।*

*- করি হাইবা ইবেম্মা? মখোয়গী কৈন্য চেনখ্রগা ঐগী ইচানুপী ফানি লুহোংবা* কাইবা য়াদে হাইরিবসিবু ফনা লুবা ৱানি।

মচানুপীনা মখা তারকই - ইমা মখোয় মপাদো য়াম্না তৌবা ঙম্মী, ইকাইবসু খংদে অদুনা শোইদনা তৌরক্কনি।

পাউ তম্রম্বা মমান্নবীদুনা অসুম্না হাইরকই - ঐদি চৎলগে, হোরে, মখোয়না ঐনা পাউ তম্রম্রে হাইদুনা ঐবু ঙাংগনি, ঐ চৎলে। - অসি হাইদুনা প্রপ-প্রপ চৎখি।

মমানা থৱাই ৱানা পুক্লিং চীংননা সোমদসু লুহোংবা মতম লেপ্প্রখ্রবা? হৌজিক ঐখোয় করি খন্নসিগে? কদায় নচেদি? মচা নুপীবু কৌই - সুনোলতা.. সুনোলতা.. সুনোলতা।

***- ঃ লোইরবা ঃ -***



অইবগী ফোংথ্রবা লাইরিকশিং :

সরতকি নাতক (অহুম পুন্বা)

১।　অসিবগী কুদা তুমথ্রবা

২।　নোংজুগি অহিং

৩।　ঐহাক হিংগদৌবা কিরে

ঐগী ইমাদি (অনিগী অপুন্বা)

১।　ইচেগি তোম্বা

২।　ঐগি ইমাদি

সুভাদ্রা চেনবা (শৈরেং)

অনন্দায়াইমগি কৎথোকপ (ৱারি)

নিংথা মচেৎ (দ্রমা অনি)

১।　ইঙেলৈ

২।　হনুবি

সুনোলতা (উপন্যাস